**(৫৪) সোমপোহমৃতপঃ সোমঃ পুরুজিৎপুরুত্তমঃ।**
**বিনযো জযঃ সত্যসন্ধো দাশার্হঃ সাত্বতাংপতিঃ ।।**

৫০৩- **সোমপ :-** মাদি সোমলতা কৌবা উবিগী বস মহাও থকপা খঙবনি।

৫০৪- **অমৃতপ :-** মহাক্তি এতাগী বামচন্দ্র অবতাবদা মখল মখা অযাম্বা যজ্ঞ তৌদুনা দেবতা পুম্নমক পেল্লবনি।

৫০৫- **সোম :-** মানা চন্দ্র মাগা মাঃনা নুংঙাইবা অইংবা পীবনি।

৫০৬- **পুরুজিৎ :-** (বিষ্ণু) মানা পুম্নমকপু জয তৌবনি।

৫০৭- **পুরুসওম :-** মাবু অথোইবা মীওইশিংনা সেবা তৌবনি।

৫০৮- **বিনয় :-** মাদি থোইদোক হেন্দোকপা নিতি নিযম চংপা অমদি ঙাকপনি।

৫০৯- **জয :-** অশাওবশিংবু শুদ্ধংপা ঙম্বনি। জয তৌবনি।

৫১০- **সত্যসন্ধ :-** অচুম্বা হাযবা অসি মাগী ব্রাশকনি।

৫১১ **দাশার্হ :-** মঙোন্দা দান তৌবা মতিক চাবনি। অমনা দাশার্হ বংশদা পোকনি।

৫১২- **সাত্বতাংপতি :-** মাদি শাস্ত্র খঙবা বৈষ্ণবশিংনা তীনবা মফমদা মঙ্গল পীবীবনি। যাদব বংশগী মরু ওইবা ঙাক শেম্বনি।

**(৫৫) জীবোবিণযিতাসাক্ষী মুকুন্দোহমিত বিক্রমঃ।**
**অম্ভোনিধিবনন্তাত্মা মহোদধিশ যোহন্তকঃ ।।**

৫১৩- **জীব :-** মাদি পুম্নমক্কী পুন্সি পীনবীবনি।

৫১৪- **বিনয়িতা সাক্ষী :-** ভগবানগী হূকচাংদা লৈবিবা সত্য ধর্ম পুম্নমক্না সাক্ষী ওইবনি, মহাক্তি বিষ্ণুনি।

৫১৫- **মুকুন্দ :-** (ভগবান) মানা পুম্নমকপু মুক্তি পীনবীবনি।

৫১৬- **অমিতবিক্রম :-** মাদি ঙমহৈ লৈতবা মতিক মগুন মথৌনা লৈবনি।

৫১৭- **অম্ভোনিধি :-** মঙোন্দগী দেবতানচিংবা পুম্নমক ওইবকপগী কাবনি।

৫১৮- **অনন্তাত্মা :-** মানা মযাম্না বলভদ্রবু যাম্ন লুনা নিংবনি।

৫১৯ মহোদধিশয় সাগর মহাক্তি প্রলযগী মতমদা ঈশিংদা শযন ওইবনি ঈশিংদা তুম্বনি।

৫২০ অন্তক সংসারদা লৈবিবা ভূৎ মৈ ঈশিংনা চিংবা মখল খুদিংমক মানা লৌশিনবনি মহাক্না লোইশিন্বনি।

(৫৬) **অজো মহার্হঃ স্বাভাব্যোজিতামিত্রঃ প্রমোদনঃ।**
**আনন্দো নন্দণো নন্দঃ সত্যধর্মা ত্রিবিক্রমঃ।।**

৫২১- **অজ :-** মাদি শেংদবা মীওইবগী থম্মোযদা লৈতে।

৫২২- **মহার্হ :-** মাবু পূজা তৌবদা মতিক চাবনি।

৫২৩- **স্বাভাব্য :** মনাই ভক্তশিংনা নিংজবা মতিক চাবনি।

৫২৪ **জিতামিত্র :-** মানা যেক্নবা পুম্নমকপু লাকশিনবনি খুদুম চনবনি।

৫২৫- **প্রমোদন :-** মানা পুম্নমকপু নুংঙাইহল্লি।

৫২৬ **আনন্দ :-** মাগী মাযথোং নুংঙাইবগী মূর্তিনি।

৫২৭- **নন্দন :-** মানা পুম্নমকপু নুংঙাইহনবনি।

৫২৮- **নন্দ :-** সিদ্ধি ৮গী মপু ওইবনি, লন পুম্নমক্কী মপুনি।

৮২৯- **সত্যধর্ম :-** মাদি সত্যগী মশক ওইবা ধর্ম্ম পুম্নমকপু যোকপী পেনবীবনি।

৫৩০- **ত্রিবিক্রম :**- মানা তাইবংদা লৈবিবা লোক অহুমবু চপ্ মান্নহনবনি।

**(৫৭) মহর্ষিঃ কপিলাচার্যঃ কৃতজ্ঞো মেদিনীপতিঃ**
**ত্রিপদস্ত্রিদশাধ্যক্ষো মহাশৃঙ্গ কৃতান্তকৃৎ।।**

৫৩১- **মহর্ষি কপিলাচার্য :**- ইন্দ্রিনা খঙবা ঙমদবা দ্রব্য বস্তুবু উবা ঙম্বা কপিলমুনিনি।

৫৩২- **কৃতজ্ঞ :**- মাদি তৌখিবা হৌখিবা পুম্নমক খঙবনি।

৫৩৩- **মেদিনীপতি :**- মাদি যুধিষ্ঠিব অমদি উগ্রসেন মখোযনা মবৈবাক মনীং মথা তম্বা অমসুং বাম অবতাবদা পৃথিবীগী মপু ওইবনা পৃথিবীগী মপুনি।

৫৩৪- **ত্রিপদ :**- খোং অহুম পানবা স্বর্গ মর্ত্ত পাতালদা খোং কানবনি।

৫৩৫- **ত্রিদশধ্যক্ষ :**- মানা দেবতাশিংগী লুচিংবনি।

৫৩৬- **মহাশৃঙ্গ :**- মাদি মতিক মগুন যাম্না লৈবনি। ঙাগী অবতাব ওইদুনা প্রলোইগী মতমদা ঙাগী মশোংদা হি পুল্লিবা থৌবি চিংদুনা শাগ্নবনি।

৫৩৭- **কৃতান্তকৃত :**- মানা অবেপ্পা ৱাখল পুক্লিং থম্বনি। ফৎত্রবা কর্ম্ম মাঙহনবনি।

**(৫৮) মহাববাহো গোবিন্দঃ সুষেণঃ কনকাঙ্গঙ্গদীগুহ্যো**
**গম্ভীবো গহনো গুপ্তশ্চক্রগদাধবঃ।।**

৫৩৮- **মহাববাহ :**- মাদি সংসাবদা অঙকপগী মশক ওইবা ববাহ রূপ ধাবন তৌবনি।

৫৩৯- **গোবিন্দ :-** মানা ষন মযাম পুদুনা ষন শেন্না চৎপনি।

৫৪০- **সুষেন :-** মানা লান্মীশিংগা লোখননা যাম্না হৈ শিংনা চৎপা অৱাৎপা লৈতবা ফজবা লান্মী অমনি।

৫৪১- **কনকাঙ্গদী :-** মাগী সনাগী কুচু ওইবা লৈহাওগী মশক মানবা হকচাংগী পাম্বোমদা পাম্বোমফাবী শিবনি।

৫৪২- **গুহ্য :-** থোইদোক হেন্দোক্লা অথোইবা অথুপ্পা ওইবনা লোত্তুনা থম্বদা মতকি চাবনি।

৫৪৩- **গম্ভীব :-** মাদি অবোন অথুপ যাম্না চেকশিন্না লোইনবা থম্বা পাম্বনি।

৫৪৪- **গহন :-** মাদি ভক্তি লৈতবা জীবশিংগী অৱা- অনা মুন্না খঙই।

৫৪৫- **গুপ্ত :-** ইন্দ্রিশিংনা ফংবা ঙমদে। পুক্লিং অমদি ৱাহৈনা মাগী মশাদা যৌহনবা ঙমদে।

৫৪৬- **চক্রগদাধব :-** মহাক্তি সুদর্শন চক্র অমসুং কৌমোদ গদা পাযবনি।

**(৫৯) বেধাঃ স্বাঙ্গোঽর্জিতঃ কৃষ্ণো দৃঢ়ঃ সংকর্ষণোঽহ অচ্যুতঃ।**
**বরুণো বারুণো বৃক্ষঃ পুষ্কবাক্ষো মহামনা ঃ।।**

৫৪৭- **বেধা :-** মাগী মনাই ভক্তশিংগী অফবা ফনবা তৌবীনি।

৫৪৮- **স্বাঙ্গ :-** মাগী মচা মনাই ভক্তশিং মশাগী হকচাংগা মান্নন খন্বনি।

৫৪৯- **অজিত :-** মাবু যেক্লবশিংনা জয তৌবা ঙমদে অমসুং ভক্তশিংগী ভক্তিনা জয তৌবদি ঙম্মী।

৫৫০- **কৃষ্ণ-কৃষ্ণ :-** মাগী কুচুদি কৃষ্ণবর্ননি। মাদি মীওইবগী পুক্লিংগী অমম্ববু মাঙহনবীবনি।

৫৫১- **দৃঢ :-** অচেৎপা মানা পুক্লিং চঙবা মবম্না পুম্নমক ঙম্বনি মতিক চাবনি।

৫৫২- **সংকর্ষনোঽচ্যুত :-** মানা মাগী মনাই মশনশিংগী অৱাববু কোকপীবনি অমসুং মশামক অমাঙ-অতা লৈতবনি।

৫৫৩- **বরুনা :-** মহাক মশামক পর্ঙ্ক মহাভূৎনা মবম ওইদূনা হকচাং ওইবনি।

৫৫৪- **বারুনা :-** মাবু পোকপা নন্দবু বরুণ লোক্তগী পুবকপনি লাকপনি।

৫৫৫- **বৃক্ষ :-** সংসাববু থুপচিনবনি লৌশিনবনি অদুবু ভক্তশিংবুদি কনবীবনি। কল্প বৃক্ষনি।

৫৫৬- **পুস্করাক্ষ :-** মাবু যশোদানা থৌবিনা পুন্দুনা চৈ পাযদুনা থুনবা ধমকা তৌবদা কিদুনা মীত্তা পিগী ইবা চেনবনি।

৫৫৭- **মহামনা :-** মাদি পুকচেল যাম্না চাউবনি।

(৬০) **ভগবান ভগহানন্দী বনমালী হলাযুধঃ।**
**আদিত্যো জ্যোতিবাদিত্যঃ সহিষ্ণুগতিসত্তমঃ।।**

৫৫৮- **ভগবান :-** মাদি মতম, ধর্ম্ম, মীংচৎ শ্রী, জ্ঞান বৈবাজ্ঞ্য অনিসান মনিমান্নচিংবা সিদ্ধি ৮না তিম্বনি।

৫৫৯- **ভগহা :-** প্রলোযগী মতমদা সংসাবগী ঐশ্বর্য্য পুম্নমক মানা মাঙহনবনি লৌশিনবনি।

৫৬০- **আনন্দী :**- মাদি মতোমদা নুংঙাইজবনি। আত্মা বামনি ভগ অমদি দেবতাগী মিৎ মাঙহন্দুনা মহাদেববু নুংঙাইহনবনি।

৫৬১- **বনমালী :**- কৃষ্ণ বনমালা থোনবনি, বনমালা অসি খুকউ মখা যৌবা লৈ পবেং থোনবনি।

৫৬২- **হলায়ুধ :**- বলরামগী শাযোন মাদি যেক্লবা ওৎখাইবা ঙম্বা খুৎলায পাযবনি।

৫৬৩- **আদিত্য :** মানা অদিতিগী মচা ওইনা অবতার তৌবা বামোন দেবনি।

৫৬৪- **জ্যোতিরাদিত্য :**- মাগী মশাদা লৈবা মঙান পুম্নমক নুমিৎকী মঙানগা মান্নে। মাগী মঙান্না নুমিৎকী মঙাংনগী হেন্না ঙাল্লি।

৫৬৫- **সহিষ্ণু :**- মানা শিশুপালগী অবানবা মরাল খাংদুনা লৈ।

৫৬৬ **গতিসওনা :**- মহাক্তি চঙজরকপা মনাইশিং কনবীবদা অথোইবনি।

**(৬১) সুধন্বা খণ্ডপরশুর্দা রুণো দ্রবিণপ্রদঃ।**
**দিবঃ স্পৃকসর্বদৃগ্ব্যা সোবাচস্পতি রযো নিজঃ।।**

৫৬৭- **সুধন্বা :**- মাদি শার্ঙ্গ কৌবা লিকং পাযবনি।

৫৬৮- **খণ্ডপরশু :**- যেক্লশিংবু মাঙহনবা ঙম্বা পরশু কৌবা খূৎলায পাংবা পরশুরামগী মশকনি।

৫৬৯- **দারুন :**- মাগী মনাই ভক্তশিংগীদমক্তি যাম্না মেংবা স্বভাবনি অদু ওইদুনসু শত্রুশিংগীদমক্তিদ যাম্না তমথীবনি।

৫৭০- **দ্রবিনপ্রদ :-** মাগী মনাইশিংদা লনথুম মতিক চানা পীবীবনি।

৫৭১- **দিবঃস্পৃক্ :-** মানা বামোন অবতাব তৌদুনা বিবাট মুর্ত্তিনা স্বর্গ শোকপনি।

৫৭২- **সর্বদৃগ্ব্যাস :-** মানা ব্যাসগী মশক ওইদুনা পুম্নমক উবা ঙম্বনি।

৫৭৩- **বাচস্পতিব যোনিজ :-** মাদি মমাগী গর্ভদগী পোকপা নত্তবা অমসুং মহৈ মশিং বিদ্যাগী গুর্কনি।

(৬২) **ত্রিসামা সামগঃ সর্ম নির্বাণং ভেষজং ভিষক্।**
**সংন্যাসকৃচ্ছমঃ শান্তোনিষ্ঠাশান্তিঃ পবাযণম্ঃ।।**

৫৭৪- **ত্রিসামা :-** মাবুদি বেদ অহুম্না মতিক মগুন শারুবনি।

৫৭৫- **সামগ :-** মাদি ব্রহ্মাগী মশক ওইনা সাম বেদ ব্রাহ্মননা মাগী মতিক মগুন শক শোল্লিবনি।

৫৭৬- **সাম :-** মাদি সাম বেদ হৌদোকপা ব্রাহ্মনগী মশকনি।

৫৭৭- **নির্বানম্ :-** মাদি মতম পুম্নমক্তা আত্মাবাম ওইবা নুংঙাইদুনা লৈবা পবমানন্দ স্বৰূপনি।

৫৭৮- **ভেষজম্ :-** মাদি অনাবশিং লাযেংবদা শীজিন্নবা হিদাক্কী মশকনি।

৫৭৯- **ভিষক্ :-** মাদি মযামগী অফ ফও ঈ-পাউ শন্দোক্লুনা মহৈ মশিংগী পাউতাক পীবা গুবনি।

৫৮০- **সংন্যাস কৃত :-** মানা সংন্যাসকী ফিজেৎ শেত্তুনা অবানখ্বভম ফংনবা হোৎনবীবনি। মযামদা তাকপীবনি।

৬৮১- **শম :**- শান্তি মাদি সংন্যাসিশিংগী জ্ঞান ফংনবগী মশক ওইবনা শম কৌই।

৫৮২- **শান্ত :**- মাদি সংসাবগী অফবা ফত্তবা নুংঙাইযাইফবদা পুক্নিং চঙদবা শান্ত ৰূপনি।

৫৮৩- **নিষ্ঠা :**- লেপ্তুনা লৈবা মাদি পুম্নমক্কী ফিভমগী মতুংইন্দুনা পুম্নমক্কী লৈফম ওইনা পীবনি। পুম্নমক্কী লৈফমনি।

৫৮৪- **শান্তি :**- মঙোন্দা প্রলযগী মতমদা ব্ৰাখল পূম্নমক থাদোক্তুনা খন্নীংঙাই যাওদ্রবা শিংনা মুক্তি ফংদুনা অযাম্বা জীবশিং যাম্না নুংঙাইনা লৈবিবনি।

৫৮৫- **পবাযণম্ :**- মাগী মফমদি চখোক চৎশিন লৈতবা হন্দোক-হঞ্জিন লৈতবা অথোইবা মফমনি।

(৬৩) **শুভাঙ্গ শান্তিদঃ স্রষ্টা কুমুদঃ কুবলেশযঃ।**
**গোহিতো গোপতির্গোপ্তা বৃষভাক্ষো বৃষপ্রিয় ঃ।।**

৫৮৬- **শুভাঙ্গ :**- মাগী হকচাং যেংবদা যাম্না ফজবনি।

৫৮৭- **শান্তিদ :**- মাদি অপাম পামদা কল্লক মিহৌবা লৈতনি।

৫৮৮- **স্রষ্টা :**- ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক মানা শেম্বনি।

৫৮৯- **কুমুদ :**- সংসাব অসিদা যাম্না নুংঙাইনা লৈবা মহাক্নি।

৫৯০- **কুবলেশয :**- নীলপদ্ম মাদি থম্বাল মনুংদা লৈবনি থম্বাল মওং মানবা অনন্ত শয্যা ঈশিং মনুংদা হিপ্পনি।

৫৯১- **গোহিত :**- ষন্‌শিংবু যাম্না ফনবা নুংঙাইনবা হোৎনবা মহাকনি।

৫৯২- **গোপতি :**- মাদি পৃথিবী অমসুং ষনশিংগী মপুনি।

৫৯৩- **গোপ্তা :**- ভক্তশিংবু অশোয-অঙাম যাওদনবা যাম্না কন্না ঙাকপী শেনবীবনি।

৫৯৪- **বৃষভাক্ষ :**- মাগী মশকতি ধর্ম্মগী মশক ওইবা মিৎ পানবনি। সংসাবদা লৈবিবা ধর্ম্ম-অধর্ম মতুং ইন্দুনা সৃষ্টি তৌবনি।

৫৯৫- **বৃষপ্রিয় :**- ধর্ম্ম যাম্না নুংশিবা ধর্ম্ম মাঙদনবা যাম্না কন্না হোৎনবা বিষ্ণুনি।

(৬৪) **অনিবর্তী নিবৃত্তাত্মা সংক্ষেপ্তা ক্ষেমকৃচ্ছিবঃ।**
**শ্রীবৎসবক্ষাঃ শ্রীবাসঃ শ্রীপতিঃ শ্রীমতাংববঃ।।**

৫৯৬- **অনিবর্তী :**- মাদি সংসাব জীবশিংগী কান্নবগীদমক কর্ম্মদগী মায লৈথোক্তে অমদি কর্ম্মদা মায ওনশিন্দুনা কর্ম্ম তৌবনি।

৫৯৭- **নিবৃত্তাত্মা :**- মাগী মহৌশাগী ওইবা স্বভাবনা বিষযশিংনা যোমশিল্লবা পুক্লিংনি অমসুং মতম পূম্নমক্তা শেংলবা মাগী ব্রাখলনি।

৫৯৮- **সংক্ষেপ্তা :**- মানা বেদগী অর্থবু গীতাদা শন্দোক্লা ফোঙদোকপনি।

৫৯৯- **ক্ষেমকৃত :**- মানা জগৎ সংসাববু হীবম খুদিংমক্তা মঙ্গোল পীবিবনি।

৬০০- **শিব :**- মাবু নীংশিংজবদা পুম্নমক শেংলবা লুববনি।

৬০১- **শ্রীবৎসবক্ষা :**- মাগী থবক্তা ভৃগুপাদ চিহ্নধাবন তৌবনি।

৬০২- **শ্রীবাস :**- মাগী মশাদা হকচাংদা লক্ষ্মীগী লৈফমনি।

৬০৩- **শ্রীপতি :**- লক্ষ্মীগী পতি ওইবা মানি।

৬০৪- **শ্রীমতাংবরু :**- ব্রহ্মানচিংবা দেবতাগী মনুংদা অথোইবা দেবতানি।

(৬৪) **শ্রীদঃ শ্রীশঃ শ্রীনিবাসঃ শ্রীনিধিঃ শ্রীবিভাবনঃ।**
**শ্রীধবঃ শ্রীকবঃ শ্রেযঃ শ্রীমাল্লোকএযাশ্রযঃ।।**

৬০৫- **শ্রীদ :**- মাদি ঋক, যজুঃ সাম্ কৌবা বেদগী মশক ওইনা শ্রী মঙ্গল পুন্নমক পীবীবনি।

৬০৬- **শ্রীশ :**- বেদগী মশক ওইবা লক্ষ্মীগী মপু বিষ্ণুনি।

৬০৭- **শ্রীনিবাস :**- ফজবা নীংথিজবা পুন্নমক্কী লৈফমনি।

৬০৮- **শ্রীনিধি :**- মঙোন্দা সংসারগী অৱাৎ অপা লৈতবা লন-থুম পুন্নমক্কী মপুনি।

৬০৯- **শ্রীবিভাবন :**- কর্মগী মতুংইন্না জীব খুদিংমক্তা লন-থুম পীবীবনি মাদি।

৬১০- **শ্রীধব :**- লক্ষ্মীনা মাগী থবাক্তা লৈফম ওইবনি।

৬১১- **শ্রীকব :**- মাবু নীংশিংজবদা লনগী মপু লক্ষ্মী পীনবীবনি।

৬১২- **শ্রেয় :**- মাদি থোইদোক হেন্দোকপা অথোইবা পরংব্রহ্মনি।

৬১৩- **শ্রীমান্ :**- মাদি মতম পুন্নমক্তা লন-থুমগী মবেন্ম লক্ষ্মীগী তুংনফমনি।

৬১৪- **লোকত্রয়াশ্রয :**- মঙোন্দা স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল লোক অহুমগী তুংনফমনি।

**(৬৬) স্বক্ষ স্বংগ শতানন্দো নন্দির্জ্যোগতির্গনেশ্বরঃ।**
**বিজিতাত্মা - বিধেয়াত্মা সৎকীর্তিশ্ছিন্নসংশযঃ।।**

৬১৫- **স্বক্ষ :-** মাগী ইন্দ্রি খুদিংমক যেংবদা যাম্না ফজৈ।

৬১৬- **স্বঙ্গ :-** মাগী হকচাং যেংবদা অৱাৎপা লৈতে যাম্না ফজৈ।

৬১৭- **শতানন্দ :-** মাদি চাংদমনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবনি।

৬১৮- **নন্দি :-** মাদি মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইদুনা মুর্তি ওইবা ঈশ্বরনি।

৬১৯- **জ্যোগতির্গনেশ্বর :-** মাসি সংসাৰদা মঙাল হাযদুনা লৈবিবা পুম্নমক্কী মপুনি।

৬২০- **বিজিতাত্মা :-** মাদি মনিং মখা তম্বা আত্মা কনাগীসু মখা পোন্দে।

৬২১- **অবিধেযাত্মা :-** কনাগুম্বনা মাবু থৌদাবা ঙমদে।

৬২২- **সৎকীর্তি :** থোইদোক হেন্দোকপা অথোইবা মিংচৎ লৈবনি।

৬২৩- **ছিন্নসংশয :-** মঙোন্দা কবিগুম্বা অমত্তা চিংগ্নীংঙাই লৈতবনি।

**(৬৭) উদীর্ণঃ সর্বতশ্চক্ষুবনীশঃ শাশ্বতস্থিরঃ।**
**ভূশয়ো ভূষণো ভূতির্বিশোকঃ শোকনাশনঃ।।**

৬২৪- **উদির্ন :-** মাদি পুম্নমক্তগী অথোইবনি।

৬২৫- **সর্বতশ্চক্ষু :-** মফম পুম্নমক্তা উবা ঙম্বা মহাক্নি।

৬২৬- **অনীশ :-** মাগী মপু কনামত্তা লৈতে, মাবু কনানসু শাসন তৌবা লৈতে।

৬২৭- **শাশ্বতস্থিব :**- মাদি মফম খুদিংমক্তা মতম পুম্নমক্তা লেংদনা লৈবনি।

৬২৮- **ভূশয :**- মাদি সীতা থীবা মতমদা সমুদ্র মপান্দা লৈবাক্তা হিপ্পা বামচন্দ্রনি। অমনা কৃষ্ণাবতাব মতমদা ব্রজ বালকশিংগা শান্নদুনা উনাগী ফমুংদা হিপ্পনি।

৬২৯- **ভূষন :**- মানা সংসাবদা লৈবিবা জীবশিংবু সনা লুপানচিংবা লৈতেংবীবনি।

৬৩০- **ভূতি :**- মাদি অচুম্বা সত্যগী মশকনি। লন-থুম পুম্নমক্কী তুংনফর্মনি।

৬৩১- **বিশোক :**- মঙোন্দা অব্রা-অনা লৈতবনি।

৬৩২- **শোকনাশন :**- মানা অব্রাবা পুম্নমকপু মাঙহনবনি।

(৬৮) **অর্চিস্মান র্চিতঃ কুম্ভো বিশুদ্ধাত্মা বিশোধনঃ।**
**অনিরুদ্ধোঽপ্রতিবথঃ প্রদ্যুম্নোঽমিতবিক্রমঃ॥**

৬৩৩- **অর্চিমান্ :**- মাদি মঙালগা লোযনবা নুমিৎকী মশকনি।

৬৩৪- **অর্চিত :**- মাবু মযাম পুম্নমক্না পূজা তৌনৈ।

৬৩৫- **কুম্ভ :**- মাবু চফুগী মতৌগুম্না সংসাব পুম্নমকপু মাগী পুক্লুংদা থম্লিবনি।

৬৩৬- **বিশুদ্ধাত্মা :**- মাগী পুক্লিং ব্রাখল পুম্নমক যাম্না শেংবা অমকপা লৈত্রবা আত্মানি।

৬৩৭- **বিশোধন :**- মানা পাপশিংবু কোক্রবা হোৎনবনি। পাপ পুম্নমক কোকপীবনি।

৬৩৮- **অনিরুদ্ধ :-** মাবু কনানসু থিংবা ঙমদে।

৬৩৯- **অপ্রতিরথ :-** মানা চৎপা মতমদা ঙাকপী শেনবীবা যাওদে।

৬৪০- **প্রদ্যুম্ন :-** মাগী থোইদোক হেন্দোক্লা তান লৈবনি।

৬৪১- **অমিতবিক্রম :-** মাদি চাংদমনিংঙাই লৈতবা মতিক মগুন মথৌনা পাঙ্গল লৈবনি।

**(৬৯) কালনেমিনিহা বীরঃ শৌরিঃ শূরজনেশ্বরঃ।**
**ত্রিলোকাত্মা ত্রিলোকেশঃ কেশবঃ কেশিহা হরিঃ।।**

৬৪২- **কালনেমিনিহা :-** মাদি কাল নেমি কৌবা হিংচাবা হাৎপনি।

৬৪৩- **বীর :-** মানা লম্বা লৈতনা কল্লবা থৌদাবা ঙম্বা থোইদোক হেন্দোক্লা পাঙ্গল লৈবা অথৌবনি।

৬৪৪- **শৌরি :-** মতিক মগুন মথৌনা লৈবা বসুদেবগী মচানি।

৬৪৫- **শূরজনেশ্বর :-** মানা অথৌবা মীওইবশিংগী ঈশ্বরনি মপুনি।

৬৪৬- **ত্রিলোকাত্মা :-** মাদি লোক অহুমগী আত্মা থব্রাইনি। তুংনযম লৈফমনি।

৬৪৭- **ত্রিলোকেশ :-** লোক অহুমগী মানা মপুনি ঈশ্বরনি।

৬৪৮- **কেশব :-** নুমিৎকী মমি তাবিবা নুংশা মঙালদু মানি।

৬৪৯- **কেশিহা :-** কেশি কৌবা হিংচাবা হাৎপা মানি।

৬৫০- **হরি :-** পাপশিংবু মাঙহনবীবা মানি।

(৭০) **কাম দেবঃ কামপালঃ কামী কান্তঃ কৃতাগমঃ।**
**অনির্দেশ্যবপুর্বিষ্ণুর্বী বোহনন্তো ধনঞ্জযঃ।।**

৬৫১- **কামদেব :-** কাম দেবগী মশক ওইবা মানি।

৬৫২- **কামপাল :-** মনাই ভক্তশিংগী অপাম্বা পীবীবনি।

৬৫৩- **কামী :** ভক্তশিংগী অপাম্বশিংবু থবক ওইনা পাঙথোকই।

৬৫৪ **কান্ত :** ব্রহ্মাগী অবোইবা মতম পীবা মানি।

৬৫৫- **কৃতাগম :-** বেদ পুথোকপগী থবক মানা তৌবনি পাঙথোকপনি।

৬৫৬- **অনির্দেশ্যবপু :-** মী ওইবা জাতিগী কবিগুম্বা খুদম অমত্তা যাওদবা মীনা উবা ঙাকপা ঙমদবা হকচাংনি।

৬৫৭ **বিষ্ণু :-** মাগী মঙাল্তনা পৃথিবী অমদি আকাশ শিনবা থুংনা মঙাল পীবনি।

৬৫৮ **বীব :-** মাদি অথোইবনি, অকনবনি।

৬৫৯- **অনন্ত :-** মপান নাযদনা মতকি মগুন চেনবা মানি।

৬৬০- **ধনঞ্জয :-** উত্তর কুরুবু মাযথীবা পীদুনা লন সনা লুপা পুবকপা অর্জুনগী মশকনি।

(৭১) **ব্রহ্মণ্যো ব্রহ্মকৃদব্রহ্মা ব্রহ্ম ব্রহ্মবিবর্ধনঃ।**
**ব্রহ্মবিদ ব্রাহ্মণো ব্রহ্মী ব্রহ্মজ্ঞো ব্রাহ্মণপ্রিযঃ।।**

৬৬১- **ব্রহ্মন্য :-** ব্রত অমদি তপ স্যাদা মযামগী ফনবা হোৎনবীবনি।

৬৬২- **ব্রহ্মকৃৎ :-** হযগ্রীববু হাত্তুনা বেদবু লৌখৎপীবনি।

৬৬৩- **ব্রহ্মা :**- সৃষ্টি হৌবকপা মতমদগী ব্রহ্মা ওইনা লৈবা মানি।

৬৬৪- **ব্রহ্ম :**- অৰূবা পুক্লিংগী ওইবা মবম নত্তনা ৱা ঙাংদবা আত্মাগী মশক ওইবা মওং পুম্নমক মুন্না খঙলবা মহাকনি।

৬৬৫- **ব্রহ্মবিবর্ধন :**- মাদি তপশ্যা তৌবা ভক্তশিংবু পুক্লিং থৌগৎপী।

৫৫৬- **ব্রহ্মবিৎ :**- মাদি বেদ অমদি তত্ত্ববু মুক্না খঙবনি।

৫৫৭- **ব্রাহ্মন :** মাদি অহানবা বেদ হৌদোকপা ব্রাহ্মণগী মশকনি।

৬৬৮- **ব্রহ্মী :**- মানা তত্ত্ব খুদিংমক মুন্না খঙবনি।

৬৬৯- **ব্রহ্মজ্ঞ :**- জীবগী মশক লৌদুনা থোইদোক্না লুনা নুংশিবীবনি।

৬৭০- **ব্রাহ্মন্প্রিয :**- মাদি ব্রাহ্মণশিংবু থোইদোক্না লুনা নুংশিবীবনি।

(৭২) **মহাক্রমো মহাকর্ম্মামহাতেজামহোবগঃ।**
**মহাক্রতুর্ম হাযজ্বা মহাযজ্ঞো মহাহবিঃ।।**

৬৭১- **মহাক্রর্ম :**- মাদি বিবাটমুর্ত্তি ওইদুনা খোঙথাং অহুম শেমদুনা থম্বনি।

৬৭২- **মহাকর্মা :**- কর্ম্ম মখল যাম্না পাঙথোকপা মানি।

৬৭৩- **মহাতেজা :**- মঙাল হাযদুনা লৈবিবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না মঙাল লোইনবনি।

৬৭৪- **মহোবগ :**- খ্বাইদগী অকনবা বাসু লীনগী মশকনি।

৬৭৫- **মহাক্রতু :**- মাদি অশ্বমেধ যজ্ঞগী মশকনি।

৬৭৬- **মহাযজ্বা :**- মাদি সংসাব পুম্নমকপু খোমজিন্নবা পুনশিন্নবা অচৌ অচৌবা যজ্ঞ তৌবনি।

৬৭৭ **মহা যজ্ঞ :**- মাদি যাম্না চাওবা জপ যজ্ঞ মখল মখল তৌবনি।

৬৭৮- **মহাহবি :**- মাদি ব্রহ্মগী মশকনি অগ্নিদা হোম তৌবদা মতিক চাবনি হোমগী পোৎশকনি।

(৭৩) **স্তব্যঃ স্তবপ্রিযঃ স্তোত্রং স্তুতিঃ স্তোতা বণপ্রিযঃ।**
**পূর্ণঃ পূবযিতা পুণ্যঃ পুণ্যকীর্তিবনা মযঃ।।**

৬৭৯- **স্তব্য :**- মাবু স্তুতি খুরুম্বদা মতিক চাবনি।

৬৮০- **স্তবপ্রিয :**- মাদি থাগৎপা যাম্না পামজবনি।

৬৮১- **স্তোত্রম :**- মাগী মতিক মগুন শক শোন্বা থাগৎপা ৱাহৈগী মশকনি।

৬৮২- **স্তুতি :**- মতিক মগুন শক শোন্বগী থৌবাং অদুমক মাগী মশকনি।

৬৮৩- **স্তোতা :**- দেবতাশিংগী মতিক মগুন শাগৎপা পুম্নমক অসি মানা লুচিংবনি। পুম্নমক্না মাবু স্তুতিদা মতিক চাবনি খল্লি।

৬৮৪- **বনপ্রিয :**- মানা কৌববা অমদি পাণ্ডব লালবু যাম্না লুনা তৌই।

৬৮৫ পূর্ণ :- মাদি চাংদমনিংঙাই লৈতবা মখল মখা অযাম্বা গুণ পুম্নমক্না মপুং ফাবনি।

৬৮৬- পূর্বযিভা : মানা মনাইশিংগী অপাম্বা পুম্নমক নীংবা থুংহনবনি।

৬৮৭- পূন্য :- মাবু নীংশিংজবতদা পাপ পুম্নমক কোকপীদুনা পুন্যগী মশক ওইর্বানি।

৬৮৮ - পুণ্যকীর্তি :- মঙোন্দা অমকপা লৈতবা শেংলবা মিংচৎ লৈবনি।

৬৮৯ অনাময :- মাদি মনুং মপান অনীমক অনা অহেক লাইনা তিন্না লৈতবনি।

(৭৪) মনোজব স্তীর্থকরো বসুরেতা বসুপ্রদঃ।
বসুপ্রদো বাসুদেবো বসুর্বসুমনা হবি।।

৬৯০ মনোজব :- মাদি পুক্নিংগা মান্নানা যাংবনি।

৬৯১- তীর্থকব :- মাগী খুৎনা হেক শোকপদা তীর্থ ওল্ল।

৬৯২ বসুরেতা : মাদি সনাগী বীর্য ওইবনি।

৬৯৩- বসুপ্রদ : মানা লন পুম্নমক খোর্মজিল্লি মাঙহল্লি।

৬৯৪- বসুপ্রদো :- মানা পুম্নমক্তা লন থুম যেস্থোকপনি।

৬৯৫ বাসুদেব : বসুদেবগী মচা মানি।

৬৯৬- বসু :- মানা মাযা ভৌদুনা মাগী মশক লোৎপনি।

৬৯৭ বসুমনা :- মাগী মশক ওন্দুনা মথম খুদিংমক্তা লৈবনি।

৬৯৮- হবি :- মাগ্দি হবিগী মশকনি, হবি যজ্ঞগী পোৎচং যজ্ঞগী মৈদা কৎনবা ঘী, চেঙ, থোইদিং পুম্নমক হবিনি।

(৭৫) সদ্গতিঃ সৎকৃতিঃ সত্তা সদ্ভূতিঃ সৎপরায়ণঃ।
শূরসেনো যদুশ্রেষ্ঠঃ সন্নিবাসঃ সুযামুনঃ ।।

৬৯৯- **সদ্গদি :-** সৎপুরুষশিংগী খোঙচৎ পাইখ্রে লমচৎ মখোন্দগী ফংলিবনি।

৭০০- **সৎকৃতি :-** থোইদোক হেন্দোকপা থবক ইংখাং শিনম পুন্নমক মাগী থৌশিলনি।

৭০১- **সত্তা :-** মহাম খুন্নিংম ত্তা মাগী খোংজেল লেংদনা লৈ।

৭০২ **সদ্ভূতি :-** সৎপুরুষশিংবু লন্ন থুম সিদ্ধি পিংবা পীবিবনি।

৭০৩ **সৎপরায়ন্ :-** সমচৎ শাস্ত্র ব্যবহার ফজবদা মাহ ওন্নশনবা অপাম্বা পীবা মনি।

৭০৪ **শূরসেন্ :-** মাগী তেংগোন্দা হনুমান, জাম্ববান চিংবা মতিক মগৈনা লৈবা লান্মী মহা ঙম্বা তেংগোনী।

৭০৫ **যদুশ্রেষ্ঠ :** যদুবংশ পুম্নমক্তা মহুৎদা মানা অথোইবনি।

৭০৬- **সন্নিবাস :-** মাদি সৎপুরুষশিংগী লৈফমনি।

৭০৭ **সুযামুন :** মাদি ভাগ্যবান্নগী তোবান্দা ব্রজগোপশিংগী মরক্তা লৈবনি, অমসুং যমুনা নংক্তা হজবা বৃন্দাবনগী মশকনি।

(৭৬) ভূতাবাসো বাসুদেবঃ সর্বাসুনিলযোহনলঃ।
দর্পহা দর্পদো দৃপ্তো দুর্ধরোহথাপরাজিতঃ ।।

৭০৮- **ভূতাবাস :-** মখোন্দগী ভূত্র মঙাগী হৌবক্কমনি লৈফমনি।

৭০৯- **বাসুদেব :** মাদি বসুদেবগী থম্মোয়গী শেংলবা মরুওইবা প্রেম্না ফংবনি।

৭১০ **সর্বাসুনিলয :**- মাদি সংসারদা লৈরিবা হকচাংগী মিংথোনহম পুক্লগা জীবশিংগী লৈফম ওইবনি।

৭১১- **অনল :**- বৈভব মাদি চাংদমনংঙাই লৈতবা অমা থুম সম্পত্তিনা অৱাংবা লৈতনা লৈবনি।

৭১২- **দর্পহা :**- মানা যেক্লশিংগী দর্পদা পুম্নমক মাঙহনবনি।

৭১৩- **দর্পদ :** মাদি ভক্ত নত্তবশিংদা, ইনশিন্দুনা দর্পনা অহংকার তৌহনবনি।

৭১৪- **দৃপ্ত :** গর্ব মশাগী নুংঙাইতাবদা তৈনবব এচ কর্নি। আত্মা রামনি।

৭১৫- **দুর্ধব :** মাগী থম্মোয়দা য়াম্না ৱানা পুরে।

৭১৬ **অপরাজিত :**- মাদি কনাদগীসু মায়হৌব ঙংদ্রে।

(৭৭) **বিশ্বমূর্তির্মহামূর্তি দীপ্তমূর্তিবমূর্তিমান্।**
**অনেকমুর্তিব ব্যক্তঃ শতমূর্তিঃ শতাননঃ ।।**

৭১৭- **বিশ্বমূর্তি :**- সংসার পুম্নমক্কী মশকসি মাগী মূর্তিনি।

৭১৮ **মহামূর্তি :**- সৎ চিৎআনন্দ সত্তজ্ঞান আনন্দগী খুদম্না তিন্না মাগী মূর্তিনি।

৭১৯ **দীপ্তমূর্তি :**- মাদি মঙালগী মশক ওইবা মুর্তিনি।

৭২০- **অমুর্তিমান :**- মাগী মশক অসিনি হায়বা মাগী মুর্তি লৈতে।

৭২১- **অনেকমূর্তি :**- মাদি মনাই ভক্তশিংবু থৌজানবীদুনা মখল মখলগী মূর্তি পুথোকপনি।

৭২২- **অব্যাক্ত :**- মাদি মূর্তি তোঙান তোঙানবা পুথোক্তুনসু মীবু খঙহন্দনা উহন্দনা লৈবনি ফোঙদোক্তবনি।

৭২৩- **শতমূর্তি :**- মাগী মূর্ত্তি মশক মপান নাযদনা মশিং লাকঙমদনা মশক উৎপনি।

৭২৪- **শতানন :**- মপান নাযদবা মায মশিং খঙদনা পানবা মাযথোংনি।

(৭৮) **একো নৈকঃ সবঃ কঃ কিং যত্তৎ পদমনুত্তমম্।**
**লোক বন্ধু লোর্কনাথো মাধবো ভক্ত বৎসলঃ।।**

৭২৫- **এক :**- মাগী জাতি, অতোপ্পা জাতি পুম্নমক মশাগা কবিসু খেন্নবা থমদে মহাক পুম্নমক্তগী অথোইবনি।

৭২৬- **নৈক :**- মাগী মাযানা তোঙান্না মশক কযা কযা পুথোকপা মতোমতনি।

৭২৭- **সর্ব :**- সোমযাগ যজ্ঞগী সোমবস মানা থকপনি।

৭২৮- **ক :** মাদি নুংঙাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী মশকনি।

৭২৯- **কিস :**- খন্নবা খন্ননিংঙাই ওইবা ব্রহ্মস্বরূপনি।

৭৩০- **যৎ :**- মনাই মশনগী কান্নবগীদমক মফম খুদিংমক্তা শিনবা থুংনা চৎপনি।

৭৩১- **তৎ :**- মানা তাইবংদা উনবগীদমক মখল কযা কযাগী লীলাশিং পুথোকপনি।

৭৩২- **পদমনুত্তমম্ :**- মাগী মফম অসি পুম্নমক্তগী অথোইবনি হাযনৈ।

৭৩৩- **লোকবন্ধু :**- মাদি তাইবংদা লৈবিবা মীওইবা জীবশিংগী অফবা ফত্তবা পুম্নমক তাকপীবনি, থোইদোক্না চান্নবা মরূপনি।

৭৩৪- **লোকনাথ :**- মাবু তাইবংনা লৈশি-লৈথোনব। খুরুমজবনি।

৭৩৫- **মাধব :**- লক্ষ্মীগী মবুঙোনি মাদি।

৭৩৬- **ভক্তবৎসল :**- ভক্তশিংদা থৌজানবীবা, ভক্তনা খূদম চনবা মানি।

(৭৯) **সুবর্ণবর্ণো হেমাঙ্গো ববাংগ শ্চন্দনাংগদী।**
**বীবহা বিষমঃ শুন্যো ঘৃতাশীবচলশ্চলঃ।।**

৭৩৭ **সুবর্নবর্ন :**- মাগী হকচাংসি সনাগা মাননবা নাপু মচুনি।

৭৩৮ **হেমাঙ্গ :** মাগী হকচাংদি মৈদা ফুদোংলবা সনাগী মচুগা মান্নবা হকচাংনি।

৭৩৯- **ববাঙ্গ :**- মাগী হকচাং কযাৎ থোইদোক হেন্দোক্লা ফজবনি।

৭৪০- **চন্দনাঙ্গদী :**- মাগী চন্দোন মনম নুংশিবা মখল যাম্না তৈববা হকচাং অমদি পাম্বোমদা পাম্বোম ফাবী পুল্লিবনি।

৭৪১- **বীবহা :** মানা ধর্ম্ম কন্নবগীদমক মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবশিংবু মাঙহনবনি।

৭৪২- **বিষম :**- অসমান মাগা মান্নবা লমচৎ ব্যবহার মান্নবা লৈতে মাগা চাংদম্নবা যাবসু যাওদে।

৭৪৩- **শূন্য :** মঙোন্দ-স্বও বজঃ তমঃ হাযবিবা গুণশিং অসিগা মবী লৈনদে। গুন্না মঙোন্দা শোক্তে।

৭৪৪- **ঘৃতাশী :**- মাগী অপাম্বা কলক মিহৌ মাঙখ্রবা থাদোকখ্রবা।

৭৪৫- **অচল :**- মাগী অপাম্বা খুদিংমক মশাদা পুন্না লৈবনা মশাগী মশক যোঙদোক্নুনা কবিগুম্বা কান্দসু চৎতে।

৭৪৬- **চল :** মানা জীব খুদিংমক্কী মশক লৌদুনা কোইনা চৎলি।

**(৮০) অমানী মানদো মান্যো লোকস্বামী ত্রিলোক ধৃক্।**
**সুমেধা মেধজো ধন্যঃ সত্যমেধা ধবাধবঃ ।।**

৭৪৭- **অমানী :** মাগী হকচাংগা উতোপ্পা অনি তিঙবা কান্দা চাতোপ্পা মচু অমদি ব্রাহ্মণদা থাংবনা মশাদা নাপন লৈতবনি।

৭৪৮ **মানদ :** মনাই ভক্তশিংগী নাপন লৌথোকপীদুনা মশোইত্তি শেংহল্লি।

৭৪৯ **মান্য :** মখু মহাক্না পূজা তৌগে, ইকায খুম্নে।

৭৫০ **লোকস্বামী :**- মাদি মবোল অহুমগী মপুঙোনি।

৭৫১- **ত্রিলোকধৃক :**- লোক অহুমবু পুবনি। মাদি দ্বারকা, মথুরা, ব্রজ অহুমবু পুবনি থোকপনি।

৭৫২ **সুমেধা :** মাদি মযামগা মানবা থোইদোক হেন্দোকপা ধজবব পুকচেং চেনবনি।

৭৫৩ **মেধস :**- মনা ইন্দ্রযাগ ইন্দ্রপূজা তোকথোক্নুনা গোবর্ধন পূজাদা কৎপা প্রসাদি চানবগীদমক মুর্ত্তি পুথোকপনি।

৭৫৪- **ধন্য :**- মাদি পুন্য চেনবশিংগী মনুংদা অথোইবা পুন্য চেনবনি।

৭৫৫ **সত্যমেধা :**- মাদি অশেংবা অথোইবা জ্ঞান লৈবনি।

৭৫৬- **ধবাধব :**- মাদি শেষ অনন্ত মশক লৌদুনা পৃথিবীবু পুবনি।

**(৮১) তেজোবৃষো দ্যুতিধরঃ সর্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ।**
**প্রগ্রহো নিগ্রহো ব্যগ্রো নৈকশৃংগো গদাগ্রজঃ ।।**

৭৫৭- **তেজোবৃষ :-** মানা আদিত্যগ্রহগী মশক লৌদুনা নোং চুথবনি।

৭৫৮- **দ্যুতিধর :-** মাগী মশাদা মঙান যাওবা যাওবিবা মঙান অসি পুম্নমক্কগী হেন্না মঙান পুবনি।

৭৫৯- **সর্বশস্ত্রভৃতাং বর :-** খুৎলাই পাযবা পুম্নমক্কগী অথোইবনি।

৭৬০- **প্রগ্রহ :-** ভক্তশিংনা কৎপা পূজা খুদিংমক মানা হবাওনা লৌই।

৭৬১- **নিগ্রহ :-** মযাই কাবা নাপনা তৌবা পুম্নমকপু মানা মাঙহল্লি।

৭৬২- **ব্যগ্র :-** মাদি অমাঙ অতা লৈতে। ভক্তশিংগী নিংজবগী তকশিল্লকপদগী কবিগুম্বা নুংশাথিবা চিংনবা থমদে, মশামক যাম্না চিংলেম্না হকচাং নুংঙাইনা লৈ।

৭৬৩- **নৈকশৃঙ্গ :-** মাগী মশিং নাযদবা মশোং যাম্ন পাল্লি।

৭৬৪- **গদাগ্রজ :-** মাগী মমাঙদা পোকপা বলদেব লোযননা বেদগান্না মন্ত্র পাঠ তৌখ্রবনি। পোকমিন্নবা কৃষ্ণগী মযাম্বনি। বলদেবনি।

**(৮২) চতুর্মূর্তিশ্চতুর্বাহু শ্চর্তুর্ব্যুহ শ্চতুর্গতিঃ।**
**চতুবাত্মা চতুর্ভাবশ্চতুবেদবিদেকপাত।।**

৭৬৫- **চতুর্মূর্তি :-** মাগী মশক মবিনি, বিরাট, হিরন্যগর্ভ ঈশ, তুরীয ব্রহ্ম, মবি অসি মাগী শকলোননি।

৭৬৬- **চতুর্বাহু :-** মাগী শঙখ, চক্র, গদা পদ্ম পাযবা পাম্বোম মবিনি।

৭৬৭- **চতুর্ব্যূহ :-** মপৈ শেম্বা মাগী মশানা হকচাং মবি থোক্লা খাইদোকপা অমা মম্না ব্যূহ কৌই। শরীরপুরুষঃ ছন্দপুরুষঃ, বেদ পুরুষঃ, মহাপুরুষঃ, মহাকনি।

৭৬৮- **চতুর্গতি :-** মাদি বেদ মবি ঋক যজু সাম অথর্ব হাযবিবা মবিগী পামবৈনি।

৭৬৯- **চতুরাত্মা :-** মাদি লৌশিং চাওবনি। মন্ বুদ্ধি, অহংকার, চিৎ-হাইবিবা মবি অসিগী রাখল নৈবনি।

৭৭০- **চতুর্ভাব :-** ব্রহ্মচার্য গৃহস্থ, বানপ্রস্থ, সন্যাস হাযবিবা অশ্রম মবিসিদা যাম্ন নুংশিজবনি।

৭৭১- **চতুর্বেদবিৎ :-** মানা বেদ মবি ঋক যজু সাম্ অর্থব যাম্ন মুন্না খঙবনি হৈবনি।

৭৭২- **একপাৎ :-** মবি থোকপগী শরুক অমা পাদ কৌই থোংভক্লসু পাদ কৌই। সংসার পুন্নমকসি মাগী খোংফম অমনি।

(৮৩) **সমাবর্তোঽনিবৃত্তাত্মা দুর্জযো দুরতিক্রমঃ।**
**দুর্লভো দুর্গমো দুর্গো দুরাবাসো দুরারিহা ॥**

৭৭৩- **সমাবর্ত্ত :-** মানা সংসার কৌবা চক্রবু নৈবনি উংবনি।

৭৭৪- **অনিবৃত্তাত্মা :-** মাদি মফম খুদিংমক্তা শিনবা থুংনা নৈবনি।

১৭৫- **দুর্জয :**- মাবু কনানসু মাযথীবা পীবা ঙমদে।

১৭৬- **দুবতিক্রম :**- মাদি অৱাবা খুদোংথিবদগী লাম্থোকপা ঙমই। অৱাবনা মাবু ফাবা ঙমদে।

১৭৭- **দুর্লভ :**- মাবু ফংঙমদবনি অদুবু ভক্তিনদি ফংবা ঙমই।

১৭৮- **দুর্গম :**- মাবু যাম্না ৱানা হোৎনদুনা ফংই।

১৭৯- **দুর্গ :**- খুদোংথিবা কযা লোইখ্রবা মতুংদা যাম্না ৱানা ফংবা ঙমই।

১৮০- **দুবাবাস :**- মাবু ফংজববসু পুক্লিংদা থম্মোযদা যাম্না বানা লেংদনা থম্নবা হোৎনৈ।

১৮১- **দুবাবিহা :**- ফৎত্রবা মাঙহন তাকহনবা মানি।

(৮৪) **শুভাঙ্গো লোকসাবংগ সুতন্তুতন্তু বর্ধনঃ।**
**ইন্দ্রকর্মা মহাকর্মা কৃত কর্মা কৃতাগমঃ ।।**

১৮২- **শুভাজ্ঞো :**- মাগী হকচাং কযাৎ খুদিংমক যাম্না নু হেল্লি।

১৮৩ **লোকসাব :**- মাগী হকচাং মূর্তিবু দেবতাশিংনা উপাসনা তৌবদা খোইমুগী মতৌগুম্না মাগী তুং ইল্লি।

১৮৪- **সুতন্তু :**- মানা সংসাব অসি যাম্না ফজনা শেম্লীবনি।

১৮৫- **তন্তুবর্ধন :**- মানা সংসাববু চাওখৎহনবনি শন্দোকপনি।

১৮৬ **ইন্দ্রকর্মা :**- মাদি ইন্দ্রগা মান্ননা কর্ম তৌবনি।

১৮৭- **মহাকর্মা :**- মানা পঞ্চমহাভূনকীদমক ফজ ফজবা চার্তববা কর্ম কযা পাঙথোকই।

১৮৮- **কৃতকর্মা :**- মাদি ভূৎশিংগী কর্ম শেম্লীবনি।

৭৮৯- **কৃতাগম :-** মানা ভুৎ মখল মবি ধর্ম্ম, অর্থ কাম, মোক্ষ হাযবিবশিং পীবীবনি। বেদগী মশক তাকপা অমদি শেম্বীবনি।

(৮৫) **উদভবঃ সুন্দবঃ সুন্দো বত্নুনাভঃ সুলোচনঃ।**
**অর্কো বাজসনঃ শৃঙ্গী জযন্তঃ সর্ববিজ্জযীঃ।।**

৭৯০- **উদ্ভব :-** মানা মবম ওইদুনা সংসাব শেম্বনি পুথোকপনি।

৭৯১- **সুন্দব :-** মাদি মশক ফজবা শক চুদা তাইবংপান্দা অথোইবনি।

৭৯২- **সুন্দ :-** ফজবা ব্রাঙাং ঙাংবা থৌজাল হৈবা মানি থোইদোক্লা থৌজাল হৈবনি।

৭৯৩- **বত্নুনাভ :-** মাগী খোইদৌদি মনি মুক্তাগুম্না ফজবা মওংনি।

৭৯৪- **সুলোচনা :-** মাগী মিৎ অসি বেদগী মশক ওইবা যেংবদা যাম্না ফজবা মিৎনি।

৭৯৫- **অর্ক :-** মাবু ভগৎকী অকাওবা যোগী ঋষিশিংনসু পূজা তৌবিবনি। নুমিৎকুম্বনি।

৭৯৬ **বাজসন :-** মানা জিবশিংগী চানবা চেং চাক পীবনি। ব্রজগোপ অমদি যোংশিংদা চেং চাক মাখয়াচিংবা পীজবনি।

৭৯৭- **(শৃংগী) শৃঙ্গী :-** মৎস্যাবতাবদা ভাগী মশোং যাম্না চাওনা পানবা ভাগী মশকনি।

৭৯৮- **জযন্ত :-** মাদি যেক্লবশিংবু জয তৌবনি।

৭৯৯- **সর্ববিজযী :-** পুম্নমক ফংবা ভম্বা মযাম্বু জয ওইবগী মশকনি, পুম্নমক খঙবা মযাম্ব মাযথীবা পীবনি।

(৮৬) **সুবর্ণর্বিন্দুরক্ষোভ্যঃ সর্ববাগী শ্বরে শ্বরঃ।**
**মহাহ্রদো মহাগর্তো মহাভূত্তো মহানিধি ঃ।।**

৮০০- **সুবর্নবিন্দু :**- মাগী মশা যাম্না ফজবা কুচু থোকপা হকচাংনি, সনাগী শক্তমনি।

৮০১- **অক্ষোভ্য :**- মাদি বিষযশিংনা যেৎশিনবা য়েখাই থিনগাযবা লাকপদা পাখত্তবা কবিগুম্বা মখল অমদা পুক্লিং ওন্দবা।

৮০২- **সর্ববাগীশ্বরেশ্বর :**- মাদি ব্রহ্মা বৃহস্পতিনচিংবা কবিনচিংবা পুম্নমক্কী মপুনি লুচিংবনি।

৮০৩- **মহাহ্রদ :**- মহাকতি যাম্না মতিক মগুন লৈবা কালিয কৌবা লিন্না লৈবা যমুনা তীর্থগী মশকনি।

৮০৪- **মহাগর্ত :**- মাগী মতিক মগুন মথৌনা লৈবা গোবর্ধন কৌবা চিং থাঙ্গৎপদা চিংগী শকক লানবন মশক ওইবনি।

৮০৫- **মহাভূত :**- মাদি জীব অমসুং ব্রহ্মজ্ঞানা মপুং ফাবরা সত্যগী মশর্কনি।

৮০৬- **মহানিধি :**- মাদি লন থুম খোংনিগী মতৌগুম সংসারদা লৈবিবা তত্ত্ব ৫ মৈ, ঈশিংনচিংবগী লৈফমনি, লনগৈনি।

(৮৭) **কুমুদঃ কুন্দরঃ কুন্দ পর্জন্যঃ পাবনোহনিলঃ।**
**অমৃতাংশোহমৃতবপুঃ সর্বজ্ঞঃ সর্বতোমুখঃ।।**

৮০৭- **কুমুদ :**- মানা পৃথিবীগী ফত্তবা অকন্বা মাঙহন্দুনা লৌথোকপীদুনা নুংঙাইবা পীবীবনি।

৮০৮- **কুন্দব :**- লৈ কুন্দোনা মশাগী মচুবু মাঙহন্দনা থম্বগী মতৌগুম্না শেংলবা লুববা উহৈশিংসু পীবীবনি।

৮০৯- **কুন্দ :**- মাদি ফজবা কুন্দো পবেং শিবনি।

৮১০- **পর্জন্য :**- মানা নোংগী মশক ওইনা ঈশিং তাহন্দুনা সংসারগী অশাবা মৈশা কোকহল্লি।

৮১১- **পাবন :**- মাবু নীংশিংজবদা অমোংপা মাঙহন্দুনা অকবা অশেংবা ওইহল্লি।

৮১২- **অনিল :**- নুংশিওা কনানসু শিংলো ইশিন্দে। অদু গুম্না মঙোন্দা কনানসু ইনশিনবা লৈতে। মতোমদনা লেংজবনি।

৮১৩- **অমৃতাশ :**- মানা দেবতাশিংন্ অমৃত পীথকপনি। ম'গী অনীংবা কবিগুম্বা কান্দা অবেম্বা ওইদে।

৮১৪- **অমৃতবপু :**- মঙোন্দদি অশিবা ধর্ম্মদু লৈতে, শিবা লৈতবা হকচাংনি।

৮১৫- **সর্বজ্ঞ :**- তাইবংগী বিষয পুম্নমক খঙবা মহাকনি।

৮১৬- **সর্বতোমুখ :** মানা মাযকৈ পুম্নমক উবা ঙমই মবমদি মাযকৈ পুম্নমক্তা মাগী মায ঙাক্তনি।

(৮৮) **সুলভঃ সুব্রতঃ সিদ্ধঃ শত্রুজিচ্ছত্রু তাপনঃ।**
**ন্যগ্রোধোদুম্বরোহশ্বত্থশ্চাণূরান্ধ্রনিষুদনঃ।।**

৮১৭- **সুলভ :**- ফজ ফজবা ব্রত মখল কযা পাঙথোকপনি।

৮১৯- **সিদ্ধ :**- মতোমদা ওইজবা সিদ্ধনি।

৮২০- **শত্রুজিৎ :**- কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ মাৎসর্য, হাযবিবা যেক্রবশিংবু জয তৌবনি মাদি।

৮২১- **শত্রুতাপন :-** মানা যেক্রবা চাকথেকপনি মাঙহনবনি।

৮২২- **ন্যগ্রোধ :-** মানা সংসাবদা লৈবিবা ভূৎ মৈ ঈশিং নুংশিৎ, আকাশ পৃথিবী হাযবিবা মখল মঙা অসি কুপশিন্দুনা থম্বনি। বট বৃক্ষনি।

৮২৩- **উদুম্বর :-** মানা চানবা চীঙ্জাক মহৈ মবোংনচিংবা পীদুনা যোক থাকপনি।

৮২৪- **অশ্বত্থ :-** প্রলয মতম লাক্লবদা তাইবংদা কবিগুম্বা অমত্তা লৈবোই, লৈহৌগদবা মাতনি।

৮২৫- **চানূবান্ধ্রনিসূদন :-** মানা চানূব কৌবা পাঙ্গনবা অন্ধ্রগী মুস্তিক কংসগী মল্লশিংবু মাঙতনবনি।

(৮৯) **সহস্রার্চিঃ সপ্তজিহবা সপ্তধাঃ সপ্তবাহনঃ।**
**অমূর্ত্তিবনঘোহচিন্ত্যো ভযকৃদ্ভযনাশনঃ।।**

৮২৬- **সহস্রার্চি :** মাগী মশাদা মঙাল লিশিং লিশিং থোক্লা শ্তানবনি।

৮২৭- **সপ্তজিহব :-** মাদি মবৈ তবেৎ পানবা মৈনি কালি, কবালী, মনোজবা, সুলোহিতা, সুধুম্রবর্ণা ধূম্বনা স্ফুলিঙ্গনি বিশ্বরুচি।

৮২৮- **সপ্তধা :-** যজ্ঞগীশিং মখল তবেৎ মানি।

৮২৯- **সপ্তবাহন :-** মাদি শাদোং তবেৎনা নুমিৎকী মশাক্প।

৮৩০- **অমূর্তি :-** মাদি নিরাকারগী মশকনি, ফোঙদোকপা লৈতে।

৮৩১- **অনঘ :-** মাদি পাপ লৈতবনি। মখল খুদিংমক্কী পাপ লৈতবনি।

৮৩২- **অচিন্ত্য :**- মাদি ব্রাখলনা খনবা ঙমদবা লাম্বা ফংদবা অবাপ্পনি।

৮৩৩- **ভয়কৃৎ :**- মানা অভক্তশিংবু অকিবা পীবনি।

৮৩৪ **ভয়নাশন :**- মাদি ভক্ত ওইবা মনাইশিংবু আকবা কোকহনবীবনি।

(৯০) **অণুর্বৃহৎকৃশঃ স্থূলোগুনভৃন্নির্গুণো মহান্।**
**অধৃতঃ স্বধৃতঃ স্বাস্যঃ প্রাগ্বংশো বংশ বর্দ্ধনঃ।।**

৮৩৫- **অনু :**- মাম্না কুপ্পা যেংবনা ঊদবনি।

৮৩৬ **বৃহৎ :** মাদি চাউবা হেনাগৎপনি। পুম্নমক্তগী হেন্না চাউবনি।

৮৩৭ **কৃশ :** মাং কংবা ব্রহ্মানি, মাং মম্না কংই মশক উবা ফংদে।

৮৩৮ **স্থূল :**- ঙসিনা লৈতবশিংগী ফিভমদাদি জগৎ অসি পুম্নমক মাগী মশক ওইবা অচৌবা হকচাংনি।

৮৩৯ **গুণভৃৎ :** নুংঙাই যাইফবা চাওখৎপনচিংবা গুণ পুম্নমক পুবা মনি।

৮৪০ **নির্গুণ :**- মহাকগী মশাদা লৈনরিবা গুণ পুম্নমক অসি মতোন্দন লৈতে। তোঙানবনি।

৮৪১ **মহান্ :**- মাহু তাইবং পুম্বনা পূজা তৌই।

৮৪২ **অধৃত :** মতোন্দা লৈবিবা থৌনা অসি কনাগুম্বনা পুবা ঙমলোই।

৮৪৩- **স্বধৃত :**- মাগী মশাগী মতীক মগুণদা লেংদনা লৈবনি।

৮৪৪- **স্বাস্য :**- মাম্না ফজবা বেদগী নীংথিবা স্বরনা মশাগী মায়থোং ফজহল্লি।

৮৪৫- **প্রাগ্বংশ :**- মানা বংশশিংগী মনুংদা অহানবা বংশনি।

৮৪৬- **বংশবর্ধন :**- মানা পরীক্ষিৎপু কনবীদুনা পাণ্ডবকী বংশ চাওখৎহনবনি। সংসাবদা বংশ শন্দোকপনি।

**(৯১) ভাবভৃৎকথিতো যোগী যোগীশঃ সর্বকামদঃ।**
**আশ্রমঃ শ্রমণঃ ক্ষামঃ সুপর্ণো বায়ু বাহনঃ।।**

৮৪৭- **ভাবভৃৎ :**- মানা অনন্ত মশক লৌদুনা পৃথিবীগী অৰুম্বা পুবিবনি।

৮৪৮- **কথিত :**- পুম্নমক্তগী অহেনবা অথোইবনি হায়নৈ শোয়বী।

৮৪৯- **যোগী :**- মাদি পুক্নীংগী অপাম্বা কনক মিহৌব। পুম্নমক থিংবা ঙমই।

৮৫০- **যোগীশ :** মাদি লৈবিবা যোগীশিংগী মতৌগুম্না কনক মিহৌবা অপাম্বা বিষয়না যৈখাযবা ঙমদে। মরম অ সনা যোগীগী মবুংঙো হায়নৈ।

৮৫১- **সর্ব কামদ :**- মানা অপাম্বশিংবু মনীং থুংবা পীবীবনি।

৮৫২- **আশ্রম :**- তাইবংপানবগী সংসাবদা কোইনা চৎলিবা জীবশিংগী পোত্থাফম ওইবনা আশ্রমনি।

৮৫৩- **শ্রমণ :**- মানা ফত্তবা অৱাবা পীবনি।

৮৫৪- **ক্ষাম :**- তাইবংপান পুম্নমক প্রলযগী মতমদা পুম্নমকপু মাঙহনবা মযেং তাহনবা মানি।

৮৫৫- **সুপর্ন :**- মাদি বেদ ইনবা মতিক মগুন লৈববা উনাগী ইবা যাবা পোৎশকনি।

৮৫৬- **বাযুবাহন :-** মানা নুংশিৎ শিৎপা ঙম্নবগী মপাঙ্গল পীবনি।

(৯২) **ধনুর্ধরো ধনুর্বেদো দণ্ডী দময়িতা দমঃ।**
**অপরাজিতঃ সর্বসহো নিযন্তাঽনিযমোঽযমঃ।।**

৮৫৭- **ধনুর্ধর :-** রাম অবতারদা লিকুং অচৌবা পাইবা শ্রীরামনি।

৮৫৮- **ধনুর্বেদ :-** লিকুং তেনগী অফ ফও মুন্না খংবা ধনুর্বিদ্যা খংবা শ্রীরামনি।

৮৫৯- **দণ্ড :-** মীবু মরানগী মতুংইন্না নমথবা লাকশিনবা মাগী থবকনি।

৮৬০- **দমযিতা :-** মানা মনুনচিংবা নিংথৌশিং মশক লৌদুনা প্রজাশিংবু লাকশিন্দুনা শাসন তৌবনি।

৮৬১- **দম :-** সংযম মানা মবান লৈবা অবাম্বগী দণ্ড পীবদি মাবু নমথদুনা থম্বা লাকশিনবনি।

৮৬২- **অপরাজিত :-** মাগী মখা থাবা জাতিগী অরোন অথুপশিং অদুবু জয় তৌই।

৮৬৩- **সর্বসহ :-** মাদি যেক্লবা যেংথিনবা পুম্নমক খাংবা ঙম্মী খাংনবগী শক্তি লৈ।

৮৬৪- **নিযন্তা :-** পুম্নমকপু নিযম তাকপা নিযম শেম্বা মানি।

৮৬৫- **অনিযম :-** মাদি মিনা তাকপা নিযম ইন্দে মাগী তোঙানবা নিযম লৈ মানা মযামদা তাকপনি।

৮৬৬- **অযম :-** মঙোন্দা যম লৈপাক্কী অশিবা কৌবা ধর্ম্ম লৈতে মাদি শিদবনি ।

**(৯৩) সত্ত্ববান্সাত্ত্বিকঃ সত্যঃ সত্যধর্মপরায়ণঃ।**
**অভিপ্রায়ঃ প্রিয়ার্হোঽর্হঃ প্রিয়কৃৎপ্রীতি বর্ধনঃ।**

৮৬৭- **সত্ত্ববান্ :**- মাদি মপুং ফাববা সত্ত্ব গুণ্না লৈতেংবনি।

৮৬৮- **সাত্ত্বিক :**- মাদি মকুওইবা সত্ত্বগুন্দা লৈবনি।

৮৬৯- **সত্য :**- মাদি সত্যস্বরূপনি সত্যগী মশকনি।

৮৭০- **সত্যধর্মপরায়ন :**- মাদি সত্য অমদি ধর্ম্মদা পুক্নিং চঙবনি ধর্ম্মগী থোইদোক হেন্দোকপা তুংনফমনি।

৮৭১- **অভিপ্রায :** মাদি নিপা থোকপা মথৌদা পুক্নিং চঙবশিংনা হোৎনজবগী অপাম্বনি।

৮৭২- **প্রিযার্হ :** মাদি অপাম্না পোৎশক অমা ওইনা খনবদা মতিক চাবনি।

৮৭৩- **অর্হ :** মাদু তৰাম তৰাম্না ওকচবদা অতিথি ওইনা মাগী আসন, পাদ্যার্ঘ্যনচিংনা পোৎলম্বা পজা তৌবদা মতিক চাবনি।

৮৭৪- **প্রিযকৃৎ :**- মনাই মশনশিংগী নুংঙাই যাইফবা মানা পীবীবনি।

৮৭৫- **প্রীতিবর্ধন :**- বিষয়দা পুক্নিং চঙলবা ভক্তশিংগী প্রেম অদু ঐবুসু নুংশিযু হায়না ইনশিল্লিবা মহাকনি।

**(৯৪) বিহাযসগতির্জ্যোতি :- সুরুচির্হুত ভুগ্বিভুঃ।**
**রবির্বিরোচনঃ সূর্য সবিতা রবিলোচনঃ।।**

৮৭৬- **বিহাযসগতি :**- মাদি আকাশতা চৎপা ঙম্বা পাইবা ঙম্বনি।

৮৭৭- **জ্যোতি :-** মাগী মশাদা মঙান লোয়নবনি, ঙানবনি।

৮৭৮- **সুরুচি :-** মাগী মঙান অসুক্কী মতিক ফজে মঙান চেনবনি।

৮৭৯- **হুতভুক :-** দেবতাশিংগী অপাম্বা ফংনবা মখোয়গী কান্ননবা হোম তৌবগী দ্রবা পুম্নমক মৈগী মশক লৌদুনা মানা চাবনি।

৮৮০- **বিভু :-** মাদি মফম পুম্নমক্তা শিনবা থুংবনি।

৮৮১ রবি   মশানা তাইবংগী মহাও হুদিংমক লৌবনি, চুপ্পনি।

৮৮২- **বিরোচন :-** থোইদোক্ক মযামগা মান্নদনা লৈতেংনা নির্থিজবা নুমিৎকী মশক লৌবনি।

৮৮৩- **সূর্য :-** আকাশ হুংনা চৎলিবা নুমিৎকী মশকনি।

৮৮৪- **সবিতা :** মশানা তাইবংবু পোকপীবা পুথোকপীবনি।

৮৮৫- **রবিলোচন :** সূর্যদা বাহনশিং মশাগী মিৎ ওইবনি।

(৯৫) **অনন্তো হুতভুগ্ভোক্তা সুখদো নৈকজোহগ্রজঃ।**
**অনির্বিণ্ণঃ সদামর্ষী লোকাধিষ্ঠানমদ্ভুত ঃ ।।**

৮৮৬- **অনন্তো :-** মাদি মতম পুম্নমক্তা লৈথুম ঐশ্বর্য মপান লায়দনা চেনগৎপনি।

৮৮৭ **হুতভুক :** হোমদা কৎলিবা বস্তুশিংচেং থোইনিং অযাম্বা পোৎ পুম্নমক মাংনা ফংবনি।

৮৮৮- **ভোক্তা :** কৃষ্ণ অবতারদা মাখোন, দহী মঙ্গোম পুম্নমক মনীং তম্না চাবনি।

৮৮৯- **সুখদো :-** পুকচেল শংএবশিংগী ৱাখল ওইরবনা মখোয়গী নুংঙাইবা ফংবা ঙমদে, ঈশ্বরনসু পীদে।

৮৯০- **নৈকজ :-** লৈবাক দেশ কয়া কয়া অমদি ভক্তশিংগীদমক হান্না লৈববা মানি।

৮৯১- **অগ্রজ :-** মানা মযাম্বগী মতৌ হিবন্যগর্ভ ওইনা হান্না পোকপনি।

৮৯২- **অনির্বিন :-** মাদি মথৌ পাঙথোকপদা চোকথবা হস্থবা নাযদবনি।

৮৯৩- **সদামর্ষী :-** মানা সাধু সন্যাশিশিংবু ঙাকপী শেম্বীবনি। থৌজানবীবনি।

৮৯৪- **লোকাধিস্থানম্ :-** মন্ভোন্দা লোক পুম্নমক্কী তুংনফমনি মাগী মফমদা লৈফমনি।

৮৯৫- **অদভুত :-** মাগী মতিক মগুন মথৌনা হেংবদা অঙকপগী মশকনি।

(৯৬) **সনাৎ সনাতনতমঃ কপিলঃ কপিবব্যযঃ।**
**স্বস্তিদঃ স্বস্তিকৃৎস্বস্তি স্বস্তিভুক্ স্বস্তি দক্ষিণঃ।।**

৮৯৬- **সনাৎ :-** মাদি মতম কুইনদগী লৈবক্লবা স্বরূপ মূর্ত্তিগী, মশক্তি।

৮৯৭- **সনাতনতম :-** ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংগী হৌবকথম মানা ওইবনি।

৮৯৮ **কপিল :-** সমদ্রদগী হৌবকপা প্রলযগী মৈগী মূর্ত্তি ধাবণ তৌবা মহাকনি।

৮৯৯- **কপি :-** মৈশা ওইবা মডান্তনা সমদ্রগী ঈশিং চিংখৎপা নুমিৎকী মশকনি। ববাহ রূপনি।

৯০০- **অব্যয় :**- মাদি অমাং-অতা লৈতবনি।

৯০১- **স্বস্তিদ :**- মনাই ভক্তশিংগীদমক্তা মঙ্গোল নুংঙাই যাইফবা ফংহনবীবনি।

৯০২- **স্বস্তিকৃৎ :**- ভক্তি প্রেম লৈতবশিংগীদমক্তদি মাঙনবগী মশক ওইবা মহাকনি, কবিগুম্বা কালদা মঙ্গোল লৈতে।

৯০৩- **স্বস্তি :**- মাবু যেংজবদা উজবদা মঙ্গোলগী মশকনি।

৯০৪- **স্বস্তিভুক :**- মাদি ভক্তশিংগী মঙ্গোল মাঙদনবা ঙাকপীবনি।

৯০৫- **স্বাস্তিদক্ষিন :**- মানা মনাইশিংগীদমক্তা হোৎনবীদুনা যাম্না অতেনবা মতমদা ফংহনবীবনি।

(৯৭) **অবৌদ্রঃ কুণ্ডলী চক্রী বিক্র মৃর্জিত শাসনঃ।**
**শব্দাতিগঃ শব্দসহঃ শিশিবঃ শর্ববী কবঃ।।**

৯০৬- **অবৌদ্র :**- খুদোংথীবা অকি তুজুংবা কর্ম্ম অমত্তা মানা তৌদে।

৯০৭- **কুণ্ডলী :**- মাগী জন্ম পত্রিকা ধাবন তৌবনি।

৯০৮- **চক্রী :**- মাবু যাদব বংশনা যোমশিন্দুনা কোইশিন্দুনা ফজহল্লি।

৯০৯- **বিক্রমী :**- মাগী মতীক মগুন চাংদমনিংঙাই লৈতনা মথৌনা লৈবা পাঙ্গলনি।

৯১০- **উর্জিতশাসন :**- মতিক মথৌনানা লৈবাক্কী ৱাযেন থৌদাবনি।

৯১১- **শব্দাতিগ :-** মাদি ব্রাহৈ, খোঞ্জেল খোন্থোক্তগী তোঙানবনি।

৯১২- **শব্দসহ :-** মা মশাগী ব্রাহৈ খোন্থোক্লা অর্থগা লোযননা মওং কান্নবা তাকপনি।

৯১৩- **শিশিব :-** সংসাবগী মৈচাকপু মানা মাঙহনবনি।

৯১৪- **শর্বরীকব :-** ভূক্তি মুক্তিগী পোৎচং ফংনবা মানা শিনবীবা বিষ্ণুনি।

(৯৮) **অক্রুবঃ পেশলো দক্ষো দক্ষিণঃ ক্ষমিণাংববঃ।**
**বিদ্বওমো বীতভযঃ পুণ্যশ্রবণ কীর্তনঃ।।**

৯১৫- **অক্রুবং :-** মাদি মহৌশাদগী অফাওবগী স্বভাব লৈতে ইচম চম্বা মাগী স্বভাবনি।

৯১৬- **পেশল :-** মাগী পুক্নিং ব্রাখল থবক ইখাং ব্রাহৈ ব্রাতা হকচাং পুম্নমক যেংবদা তাবদা ফজবা ঙাক্তা ওই।

৯১৭- **দক্ষ :-** মাগী থবক ইনখাং পুম্নমক থিন্দনা পাঙথোকই।

৯১৮- **দক্ষিন :-** মাগী পুকচেল খোঞ্জেল, লমচৎ-ব্যবহাব ব্রাঙাং-শঙাং যাম্না চম্বনি।

৯১৯- **ক্ষমিনাং বব :-** জীবশিংবু থৌজানবীবা ঙাকপীবদা অথোইবা মানি।

৯২০- **বিদ্বওম :-** মতম পুম্নমক্তা লেংদনা পুক্নিং লৌশিং মতিক চানা ব্রাখল লৈবা মানি।

৯২১- **বীতভয :-** মতম লৈবা খিবিক্তা অকিবা চেন্দবনি।

৯২২- **পুন্যশ্রবনকীর্তন :-** নামতাব হবি সং কীর্ত্তন শক শোনবনা পুন্যগী লম্বী শাংদোকহল্লি চাওখৎহল্লি।

(৯৯) **উদ্ভাবণো দুস্কৃতিহা পুণ্যো দুঃস্বপ্ননাশনঃ।**
**বীবহা বক্ষণঃ সন্তো জীবনঃ পর্যবস্থিতঃ।।**

৯২৩- **উত্তাবন :**- সংসাবদা জীবশিংগী লাম্থোকপীনবা মানা হোৎনবীবনি। লানবীবনি।

৯২৪- **দুষ্কৃতিহা :**- মানা ফত্তবা লমচৎ ব্যবহাব মাঙহনবীর্বনি।

৯২৫- **পুন্য :**- মানা অফবা থবক লমতাক লমজিংবীদুনা পুন্য তৌহনবনি। পুন্য ফংনবা লমজিংবীবনি।

৯২৬- **দুঃস্বপ্ননাশণ :**- মাবু নীংশিংজবদা মংহা অথ ফত্তবা পুম্নমক কোকপীবনি।

৯২৭- **বীবহা :**- মখল মখা অযাম্বা সংসাবগী পোকপা শিবা খোঙচৎ মানা মাঙহনবীবনি।

৯২৮- **বক্ষন্ :**- মানা পুম্নমকপু ঙাকপী শেনবীবনি।

৯২৯ **সন্ত :**- অথবা অচুম্বা লমজীংবা অমা ওইনা মহৈ মশিং লমচৎ ব্যবহাব বুদ্ধি লৌশিং পুম্নমক লেংদনা থম্বনি।

৯৩০- **জীবন :**- প্রজা জীব খুদিংমক জীবাত্মা থৱাই ওইনা লৈদুনা মখোযবু মানা হিংহনবনি।

৯৩১- **পর্যবস্থিত :**- মানা তাইবংপান মফম খুদিংমক শিনবা থুংনা লৈর্বনি।

(১০০) **অনন্তরূপোহনন্তশ্রী র্জিতমন্যুর্ভযাপহঃ।**
**চতুবস্রো গভীবাত্মা বিদিশো ব্যাদিশো দিশঃ।।**

৯৩২- **পনন্তরূপ :**- মাদি চাংদমনিংঙাই লৈতবা মপান নাযদবা মওংদা লৈবনি।

৯৩৩- **অনন্তশ্রী :**- চাংদমনিংঙাই লৈতবা অৱাৎ অপা লৈতবা লন্থুমগী তুংনফমনি।

৯৩৪- **জিতমন্যু :**- মানা অশাওবা পুম্নমক জয় তৌবা ঙমই।

৯৩৫- **ভয়াপহ :**- অকিবা পুম্নমক মাঙহল্লি মানা, অকিবা লৈহন্দে।

৯৩৬- **চতুৰস্ৰ :**- মানা মানা তৌজবা কৰ্ম্মগী মহৈ মপুং ফানা পীবীবনি মানা।

৯৩৭- **গভীৰাত্মা :**- অযিংবা অৰূবা চিং লেপ্পা যাম্না মুঃা ৱাখল তৌবনি।

৯৩৮- **বিদিশ :**- মাদি কৰ্ম্মগী মতুং ইন্দুনা তোঙান তোঙানবা শকুক খাযদোক্লুনা মাগী মাগী তৌজবগী মহৈ পীবীবনি।

৯৩৯- **ব্যাদিশ :**- মানা থোইদোক হেন্দোক্না যাম্না চেৰ্কশিন্না থৌজানবীদুনা যাথং পীবনি।

৯৪০- **দিশ :**- মানা বেদগী শক্লোন লৌদুনা কৰ্ম্মগী মহৈ ফংনবা পাউতাক পীবনি।

**(১০১) অনাদিভূৰ্ভুৰোলক্ষ্মীঃ সুবীৰো ৰুচিৰাঙ্গদঃ।**
**জননো জণজন্মাদিৰ্ভীমো ভীমপৰাক্ৰমঃ।।**

৯৪১- **অনাদি :**- মঙোন্দগী হৌনবা লৈতবা মা ওইবকপগী মৰমসু খঙদবা লৈতবা হৌবকফমসু লৈতবা।

৯৪২- **ভূঃভূৰ :**- মঙোন্দা বৃথিবীগুম্না সংসাৰ পুম্নমক চঙজফমনি তুংনফমনি।

৯৪৩- **লক্ষ্মী :**- মঙোন্দা লৈবিবা মশক্তি পৃথিবীদা লৈবিবা লন্থুম মনিমুক্তানা ফজহল্লবা নীংথিজবা পুম্নমক্কী মশকনি।

৯৪৪- **সুবীব :**- মশক মতৌ ফজবা মতিক মথৌনা লৈবা মচা ময়াম পোকপনি।

৯৪৫- **রুচিবাঙ্গদ :**- মশক মতৌ ফজববা পাম্বোম ফাবী তালনচিংবা লোযনবা মহাকনি।

৯৪৬- **জনন :**- প্রদ্যুম্নচিংবা মতিক মগুন লৈবা মচা কযা পোকপা মহাকনি।

৯৪৭- **জনজন্মাদি :**- পোকখ্রবা পোক্লক্কদবা জীবশিংগী হৌবকফম ওইবা অহানবা মানি।

৯৪৮- **ভীম :**- অকিবগী হৌবকফম মানি।

৯৪৯- **ভীমপবাক্রম :**- অকিবগী মশক ওইবা মতিক মথৌনা লৈবা মহাকনি।

(১০২) **আধাবনিলযো ধাতা পুষ্পহাসঃ প্রজাগবঃ।**
**ঊর্ধ্বগঃ সৎপথাচাবঃ প্রাণদঃ প্রণবঃ পণঃ।।**

৯৫০- **আধাবনিলয :**- মঙোন্দা পৃথিবীনচিংবা ভুৎ মঙাগী তুংনফমনি।

৯৫১- **অধাতা :**- মশামক্তা তুংফম লৈফম হাযবা খাযদোক্তে মবম অদুনা, মঙোন্দা কবিগুম্বা অমত্তা লৈতে।

৯৫২- **পুষ্পহাস :**- মাদি লৈগী শাৎকাইবকপা মতমদা পুম্নমক্তা লৈনম পীবগুম্না নুংঙাইহল্লি, মতুংদা মনম পুম্নমক মযেং তাই।

৯৫৩- **প্রজানব :**- মাদি মতম পুম্নমক্তা বিষয খুদিংমক যাম্না মুন্না খঙবা হৈবনি।

৯৫৪- **উর্ধ্বগ :**- মাদি পুম্নমক্কী মথক্তা লৈবা বৈকুন্ঠলোক্তা চত্থোক চৎশিন তৌদুনা লৈবনি।

৯৫৫- **সৎপথাচাব :**- মহাক মশামক্লা পুম্নমকপু খোমজিন কোনশিন্দুনা সৎ মার্গ লম্বী পুশিনবীবনি।

৯৫৬- **প্রানদ :**- মানা জীবশিংবু থবায় হাপ্পীবনি।

৯৫৭- **প্রনব :**- মাবু পুম্নমক্লা খুকম্নবিবা ওঁকাবগী মশকনি।

৯৫৮- পন .- ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা ব্যবহাব তৌনফমনি।

(১০৩) প্রমাণং- **প্রাণনিলযঃ প্রাণভৃৎপ্রাণজীবনঃ।**
**তত্বং তত্ববিদেকাত্মা জন্মমৃতু জবাতিগঃ।।**

৯৫৯- **প্রমাণম্ :**- যাদবশিংগী ইকাইখুম্নফমনি।

৯৬০- **প্রাণনিলয :**- মাদি জিবশিংগী তুংনফমনি মশ্ভোন্দা পুম্নমক তিনবনি।

৯৬১- **প্রাণভৃত :**- মানা চান-থক্লবা মহৈ মবোংগী মশক লৌদুনা জীবশিংবু কনবীবনি। সংসাবদা লৈবিবা জীবশিংগী যোকপা থাকপনি।

৯৬২- **প্রাণজীবন :**- সংসাবদা লৈবিবা জীব মথল খুদিংমক্কী হিংনবা পাম্বে মানা লৌবিবা শকলোন্নি।

৯৬৩- **তত্বম্ :**- মানা অওইবা ঈশ্ববগী অশেংবা মশক পুবনি।

৯৬৪- **তত্ববিৎ :**- জীবগী মশক লৌদুনা অশেংবা ব্রহ্ম মশক খঙবনি।

৯৬৫- **একাত্মা :**- মাদি অমত্তা ওইবা আত্মাগী মশকনি।

৯৬৬- **জন্মমৃত্যুজরাতিগ :**- মাদি পোকপা শিবা অহন ওইবনচিংবা মখল তরুক অসি লৈতবনি। হকচাংনচিংবগী ধর্ম্ম মখল পুম্নমক লোযনা হৌখ্রবা ঙাক্তনি লৈতবনি।

**(১০৪) ভূর্ভুবঃ স্বস্তরুস্তাবঃ সবিতা প্রপিতামহ।**
**যজ্ঞো যজ্ঞপতির্যজ্বা যজ্ঞ্যাঙ্গো যজ্ঞবাহনঃ ।।**

৯৬৭- **ভূর্ভুবঃস্বস্তারু :**- মানা লোক অহুমবু কলপবৃক্ষগী মতৌগুম্না সংসাবদা অপাম অপাম্বা মহৈ পীবীবনি।

৯৬৮- **তাব :**- ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী মখল মখা অযাম্বা ধর্ম্ম কর্ম্ম পুম্নমকপু লান্থোকপীবনি কনবীবনি।

৯৬৯- **সবিতা :**- অবাইবা মওংদা অচম্বা মওংদা তাইবংগী অপোকপা পীবনি।

৯৭০- **প্রপিতামহ :**- সৃষ্টি কর্ত্তা ওইবা ব্রহ্মাগীসু পিতানি।

৯৭১- **যজ্ঞ :**- মাবু পৃথিবীনা পূজা তৌনৈ।

৯৭২- **যজ্ঞপতি :**- যজ্ঞ পুম্নমক ঙাকপীবা মানি।

৯৭৩- **যজ্বা :**- যজ্ঞ তৌবা মানি।

৯৭৪- **যজ্ঞাঙ্গ :**- যজ্ঞগী মশক ওইবা শরুক পুম্নমক মানি।

৯৭৫- **যজ্ঞবাহন :**- যজ্ঞ কৎপগী মহৈ মানা পীবনি।

**(১০৫) যজ্ঞভৃদ্যজ্ঞ কৃদ্যজ্ঞী যজ্ঞভুগ্যজ্ঞ সাধনঃ।**
**যজ্ঞান্ত কৃদ্যজ্ঞগুহ্য মন্নমন্নাদ এবচঃ ।।**

৯৭৬- **যজ্ঞভৃৎ :**- যজ্ঞ পাঙথোকপা যজ্ঞ কৎপা যজ্ঞবু কনবা ঙাক শেনবা মানা তৌবনি।

৯৭৭- **যজ্ঞকৃৎ :-** কল্প যুগকী অবোইবা মতম লাক্লবদা মাওহনবা মুত্থৎপনি। যজ্ঞ শেম্বা মাননি।

৯৭৮- **যজ্ঞী :-** যজ্ঞ কৎনবিবা পুম্নমক্কী মনুংদা মানা অথোইবনি।

৯৭৯- **যজ্ঞভুক্ :-** দেবতাগী মশক লৌদুনা কৎলিবা পোৎ খুদিংমক মানা চাবনি। যজ্ঞ পুম্নমক্কী চরু চাবনি।

৯৮০- **যজ্ঞসাধন :-** বাজ যুধিষ্ঠিবগী যজ্ঞ কৎপগী থৌবাং পুম্নমক মানা শিন্বনি। যজ্ঞ কৎপগী মহৈসু মানা লৌবনি।

৯৮১- **যজ্ঞান্তকৃৎ :-** মাগী অশেংবা মশক উত্তুনা যজ্ঞ লোইশিনবসু মানি।

৯৮২- **যজ্ঞগুহ্যম্ :-** যজ্ঞ মহৈ অসি তপ্না ৩প্না লাকহল্লি মানা।

৯৮৩- **অন্নম্ :-** চিঞ্জাক্কী মশক ওইবা চান্নবা পোৎসু মানি।

৯৮৪- **অন্নাদ :-** মাদি চান্নবিবা মহৈ মবোং পুম্নমক চাবনি।

**(১০৬) আত্ম যোনিঃ স্বয়ংজাতো বৈখানঃ সামগাযনঃ।**
**দেবকীনন্দনঃ স্রষ্টা ক্ষিতীশঃ পাপনাশনঃ ॥**

৯৮৫- **আত্মযোনি :-** আত্মা অসিমক্লা জগৎসংসাব শেম্বা ওইবকপগী মবম পুম্নমক মানা তৌবনি। ওইবক্লিবা অসি কনানসু নত্তে মাননি।

৯৮৬- **স্বয়ংজাত :-** মতোমদা ওইজবকপগী মবমদসু মহাক মশাননি।

৯৮৭- **বৈখান :-** মহাক্লা ওক্কী অবতাব তৌদুনা পৃথিবী হোগাইদুনা পাতালগী হিবন্যাক্ষবু হাৎপনি।

৯৮৮- **সামগায়ন :-** সামবেদ শন্দোকপা তাকপা মাননি।

৯৮৯- **দেবকীনন্দন :**- মাদি দেবকীগী মচা ওইনা পোকপনি।

৯৯০- **স্রষ্টা :**- তাইবংপানবগী থবক ইনখাং পুম্নমক মানা শেম্মী পুথোকই।

৯৯১- **পাপনাশন :**- মাগী কীর্ত্তন তৌবা পূজা কৎপা মাবু নিংজবা অদুনা পাপ পুম্নমক কোকই।

(১০৭) **শঙখভৃন্নন্দকী চক্রী শার্ঙ্গধন্বা গদাধবঃ।**
**বথাঙ্গপাণিব ক্ষোভ্যঃ সর্বপ্রহবণাযুধঃ ॥**

৯৯৩- **শঙখভৃৎ :**- পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুং পাযবনি।

৯৯৪- **নন্দকী :**- মানা নন্দক কৌবা থাং পাযবনি।

৯৯৫- **চক্রী :**- সুদর্শন চক্র পাযবা মানি।

৯৯৬- **শার্ঙ্গধন্বা :**- শার্ঙ্গ কৌবা লিকং পাযবা মানি।

৯৯৮- **বথাঙ্গপানি :**- মাদি কৌবোব-পাণ্ডবকী লান্দা খুৎলায পাযবোই হাযনা ব্রাশক্কী মতুংদা ভীষ্মগী লান্দা ব্রাবদুনা থাংবা ঙমদদুনা দোলাইগী চাকা খুৎলায ওইনা পাযবনি।

৯৯৯- **অক্ষোভ্য :**- মাদি কবিগুম্বা মতমদসু যেক্লবদগী অকিবা মিপাযবা পাখৎপা লৈতবনি।

১০০০- **সর্বপ্রহবনাযুধ :**- অযাম্বা লৈবিবা খুৎলায পুম্নমক মশাগী খুৎলায ওইনা শীজিন্নবনি।

*ওঁ নমঃ*

*মতাং অসিদা শ্রীবিষ্ণুমহস্রনামগী লিশিং অমগী নাম অর্থ লোইবে।*

*হবিঃ ওঁ*

# মাহাত্ম্য - অথ - মাহাত্ম্যম অর্থাৎ ফলশ্রুতি

১। **ইতীদং কীর্তনীযস্য কেশবস্য মহাত্মনঃ।**
**নাম্নাং সহস্রং দিব্যানামশেষেণ প্রকীর্ত্তিতম্ ।।**

অর্থ কীর্ত্তন তৌবদা মতিক চাববা মহাত্মা ওইবা কেশবগী মকত্রবা নাম লিশিং অমা যাম্না চেৰ্কশিন্না পাঠ তৌজবে।

২। **ইদং শৃনুযান্নিত্যং যশ্চাপি পবি কীর্তযেৎ।**
**নাশুভং প্রাপুযাৎ কিঞ্চিৎ সোহমুত্রেহ চ মানবঃ।।**

অর্থ কনাগুম্বা বৈষ্ণবশিংনা নাম অসিবু নুংতিগী তাজবা অমসুং শকচ শোঞ্জববা মহাক অদো ইহ লোক অমদি পবলোক্তা নিংথৌ নহুষ কুম্না কবিগুম্বদসু দোষ অমদি মবান ফংদে। মবম অসিনা অথবা অমদি মঙ্গোল ওইবা কান্নবা মহৈ ঙাক্তা মাগী শরুক ওই।

৩। **বেদান্তগো ব্রাহ্মণঃ স্যাৎ ক্ষত্রিযো বিজযী ভবেৎ।**
**বৈস্যো ধন সমৃদ্ধঃ স্যাৎ চ্ছূদ্রঃ সুখম বাপুযাৎ।।**

অর্থ ব্রাহ্মশিংদা বেদান্ত ফংবা ঙম্নবা শক্তি পী। ক্ষত্রিযশিংনা জয ওইবা ফংই বৈশ্যশিংনা লন্থুম চাওখৎপা ফংই। শূদ্রশিংনা নুংঙাই যাইফবা ফংই। চাওখৎপা ফংই।

৪। **ধর্ম্মর্থী প্রাপুয়াদ্ধর্মমর্থার্থী চার্থমাপুযাৎ।**
**কামানবাপুয়াৎ কামী প্রজার্থী প্রাপুযাৎ প্রজা ম্।।**

অর্থ ধর্ম্ম পাম্বনা ধর্ম্ম ফংই। লনথুম পাম্বনা লনথুম মবাং

কাযনা ফংই। বিষয পাম্বশিংনা বিষয পুম্নমক ফংই। মচা মশু পাম্বাশিংনা মচা মশু প্রজা ফংই।

৫। **ভক্তি মান্যঃ সদোত্থায শুচিস্তদ গতমানসঃ।**
**সহস্রং বাসুদেবস্য নাম্না মেতৎ প্রকীর্তযেৎ।।**

অর্থ ভক্ত ওইবা অদুনা অযুক ঙন্না হৌগত্তুনা হকচাং শেংদোক্লুনা ভক্তি প্রেমদা পুক্লিং চিংশিন্দুনা বাসুদেব ভগবানগী সহস্রনাম অসি পাঠ অমদি কীর্ত্তন তৌগনি।

৬। **যশঃ প্রাপ্নোতি বিপুলংজ্ঞাতি প্রাধান্য মেবচ।**
**অচলাং শ্রিযমাপ্নোতি শ্রেযঃ প্রাপ্নোত্যিনুওমম্।।**

অর্থ ধর্ম্ম কাযদনা পুক্লিং লাকশিন্দুনা পাঠ তৌজববদি অফবা মিংচৎ চৎকনি। মাগী জাতিশিংগী মবক্তা অথোইবা মকোক ওইগনি লেংদ্রবা লক্ষ্মীগী তুংনফম ওইনি। অথোইবা মঙ্গোলগী মশক ওইবা অবানখুভম মোক্ষ ফংগনি।

৭। **ন ভযং ক্কচিদাপ্নোতি বীর্য্যং তেজশ্চ বিন্দতি।**
**ভবত্যবোগো দ্যুতিমান্ বলরূপগুণান্বিতঃ।।**

অর্থ বিষ্ণু সহস্রনাম অসিবু ভক্তিগা লোযননা তাজববদি কবিগুম্বদা অকিবা লৈবোই। মতিক মঙান মথৌনা পাঙ্গল ফংগনি। নাদ যেক্তবা ওইগনি। মশেক মঙান চেন্বা পাঙ্গল লৈবা মশক মতৌ চংখোম্বা গুন পুম্নমক্কা তিনগনি।

৮। **বোগার্তো মুচ্যতে বোগাদবদ্ধো মুচ্যেত বন্ধনাৎ।**
**ভযান্মুচ্যেত ভীতস্তু মুচ্যেতাপন্ন আপদঃ।।**

অর্থ মসিবু তাজবা শোঞ্জবদা অনাবনা নাবদগী কোকপা ঙমই। অফা অপুন লৈবদগী কোকপা ঙমই, অকি-অখং লৈবদগী লাম্থোকপা ঙমই। অৱাবা খুদোংথিবা মতমদা তাজবা অসিনা পুম্নমক কোকপা ঙমই।

৯। **দুর্গাণ্যতিতরত্যাশু পুরুষঃ পুরুষোত্তমম্।**
**স্তুবন্নাম সহস্রেণ নিত্যং ভক্তিসমন্বিতঃ।।**

অর্থ মীওইবনা ভক্তি প্রেম্না পুরুষোত্তম ওইবা ভগবানগী নাম ওইবা সহস্রনাম অসিবু নুংতিগী পাঠ তৌজবা অমদি তাজববদি যাম্না অৱাবগী মশক ওইবা পুম্নমকপু লাইনা লাম্থোকপা ঙমই।

১০। **বাসুদেবাশ্রয়ো মর্ত্যো বাসুদেব পরায়ণঃ।**
**সর্ব পাপবিশুদ্ধাত্মা যাতি ব্রহ্ম সানাতনম্।।**

অর্থ বাসুদেবগী চরন্দা চংজদুনা ঈশ্বর ওইবা ইবুংঙো মঙোন্দা পুক্নিং লুপচববদি পাপ পুম্নমক কোক্তুনা লেংদ্রবা ব্রহ্মগতি ফংবা ঙমই।

১১। **ন বাসুদেব ভক্তানাম শুভংবিদ্যতে ক্বচিৎ।**
**জন্মমৃত্যুজরা ব্যাধিভয়ং নৈবোপ জায়তে।।**

অর্থ বাসুদেবগী মনাই মশল কবিগুস্বদসু ফত্তবা খুদোংচাদবা ওইবোই। অমসুং পোকপা শিবা লৈনা তিন্না অকি-অখং লৈতে।

১২। **ইমং স্তবমধীয়ানঃ শ্রাদ্ধা ভক্তি সমন্বিতঃ।**
**যুজ্যেতাত্মা সুখক্ষান্তি শ্রীধৃতি স্মৃতিকীর্তির্ভিঃ।।**

অর্থ ভক্তদুনা থাজবা অমদি ভক্তিগা লোযনদুনা বিষ্ণুসহস্রনাম কৌবা স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌজবা তাজববদি। মহাক অদো পুক্লিং নুংঙাইজবা, ঈংনা চিক্লা লৈবা লনথুম চেনবা নীংশিংজবগী পাঙ্গন লৈবা মতিক মগুন চেনবা ওইবনি।

১৩। **নক্রোধো ন চ মাৎসর্যং ন লোভো নাশুভা মতিঃ।**
**ভবন্তি কৃতপুণ্যানাং ভক্তানাং পুরুষোত্তমেঃ ।।**

অর্থ পুরুষোত্তম ভগবানগী পুন্য চেল্লবা ভক্ত বৈষ্ণবশিং অশাওবা, কলক যেংথিবা মীগী মবন মথুম মিহৌবা অসিগুম্বা মাওনীংঙাই ওইবা খোঙথাং লৈতে।

১৪। **দ্যৌঃ সচন্দ্রার্কনক্ষত্রা খংদিশো ভূর্মহোদধিঃ।**
**বাসুদেবস্য বীর্য্যেণ বিধৃতানি মহাত্মনঃ ।।**

অর্থ মহাত্মা বাসুদেবগী পাঙ্গল মথৌনানা স্বর্গ চন্দ্র সূর্য্য নক্ষত্রমণ্ডল আকাশ মাযকৈ খুদিং পৃথিবী সমুদ্র পুম্নমক মানা পুবনি মঙোন্দগী ওইবকপনি।

১৫। **সসুরাসুরগন্ধর্ব সযক্ষোরগরা ক্ষসম্।**
**জগদ্বশে বর্ততেদং কৃষ্ণস্য সচরাচরম্ ।।**

অর্থ দেবতা লাই হিংচাবা গন্ধর্ব যক্ষ রাক্ষস অসিনচিংবা জগৎ পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী বংশ ঙাক্তনি।

১৬। **ইন্দ্রিয়ানি মনো বুদ্ধিঃ সত্ত্বং তেজো বলং ধৃতিঃ।**
**বাসুদেবাত্ম কান্যাহুঃ ক্ষেত্রং ক্ষেত্রজ্ঞ এবচঃ ।।**

অর্থ জ্ঞানেন্দ্রিয ৫- কর্ম্মেন্দ্রিয ৫-মন, বুদ্ধি মচি ওইবা মতিক মগুন পাঙ্গল লৌশিং তপ্‌পা ইংবা, লবুক লমহাং হকচাংগী জীব হাযবিবা পুম্নমক অসি ঈশ্বর ওইবা মাগী মশকনি।

১৭। **সর্বাগমানামাচাবঃ প্রথমং পবি কল্পতে।**
**আচাবপ্রভবো ধর্মো ধর্মস্য প্রভুবচ্যুতঃ ।।**

অর্থ শাস্ত্র খুদিংমক্তা ইহান হান্বদা খোং খুৎ হামদুনা শেংদোকপা, ঈকুজথোকপা মাগী তৌফম থোকপা লাইতিন খুরুম্বা পুম্নমক তাকই। কবিগীদমকনো হাযবদা লমচৎ ব্যবহাবনা ধর্মগা মবী লৈনবা ওইবকই। ধর্ম অদুদগী মপান নাযদ্রবা অমাঙ-অতা লৈত্রবা ঈশ্বব মানা মহৈ ফংহনবী।

১৮। **ঋযয়ঃ পিতবো দেবা মহাভূতানি ধাতবঃ।**
**জঙ্গমাজংঙ্গমং চেদং জগন্নাবায পোদভবম্।।**

অর্থ ঋষি পিতব অপোকপা লৈখিদ্রবা অহন লমন দেবতা মহাভূৎ-তত্ত্ব মঙা ঈশিং, নুংশিৎ, মৈ, আকাশ, লৈবাক তত্ত্ব সত্বা খোনিদগী থোকপা সনা লুপা পুথোক পুশিন যাবা পোৎ, যাদব জগৎ পুম্নমক ঈশ্বব ওইবা মঙোন্দগী পোকপা থোকপা ঙাক্তনি।

১৯। **যোগোজ্ঞানং তথা সাংখ্যং বিদ্যাঃ শিল্পাদিকর্ম চ।**
**বেদাঃ শাস্ত্রাণি বিজ্ঞান সেৎসর্বং জনার্দনাৎ।।**

অর্থ যোগ অমদি যোগ শাস্ত্র, জ্ঞান অমদি নীংজবা শোক্তবা অমসুং কপিল মুণিগী সাংখ্য শাস্ত্র কনাদা মুণিগী দর্শন শাস্ত্র মন্ত্র যন্ত্রগী মবম খুৎশা হৈবগী থবক কর্ম বিদ্যা বেদ শাস্ত্র যাম্না মুন্না জ্ঞান্না ফংবা ঐ ঈশ্ববনি হাযবা জ্ঞান হাযবিবা পুম্নমক অসি জনার্দন ওইবা মঙোন্দগী পোকপনি।

২০। **একোবিষ্ণুর্মহৎভূতং পৃথগ্ভূতান্য নেকশঃ**
**ত্রীংল্লোকান্ ব্যাপ্য ভূতাম্মা ভুঙ্‌ক্তেবিশ্ব ভুগব্য ঃ**

অর্থ শ্রীবিষ্ণু মথন্তনা হকচাং ওইবশিংগী জীবাত্মানি ভোগ পুম্নমক মানা চাবনি অচৌবা অথোইবা মঙোন্দগী পোক্লকপনি অযাম্বা ভূৎ মখন ৫ - মৈ, ঈশিংনচিংবা লোক অহুম মানা শীজিন্নবনি।

২১। **ইমং স্তবং ভগবতো বিষ্ণোর্ব্যাসেন কীতিতম্**
**পঠেদ্যইচ্ছেৎ পুরুষঃ শ্রেয়ঃ প্রাপ্তুং সুখানি চ ॥**

অর্থ ভগবানবিষ্ণুগী অসিগুম্বা স্তোত্র অসিবু ব্যাসনা হায়খি অদুগুম্বা মী অদুনা মঙ্গোল ওইবা শান্তি নুংঙাই যাইফবা পাম্বশিংনা শোঞ্জে পাঠ তৌজে। মাগী নীংবা অপাম্বা ফংজে।

২২। **বিশ্বেশ্বরমজং দেবং জগতঃ প্রভবাপ্যযম্।**
**ভজন্তিযে পুষ্করাক্ষং নতে যান্তি পরাভবম্॥**

অর্থ অসিগুম্বা সংসার পুম্নমক্কী ঈশ্বর ওইবা ইবুংঙো মাদি পোকপা শিবা লৈতবা ঈশ্বর ওইবা মঙোন্দগী জগৎ পোকই অমসু প্রলোযশু তৌবা থম্বাল মিত্তা ওইবা ভগবানবু ভজন তৌজে। অদুগুম্বা বৈষ্ণব অদুদি কবিগুম্বা কান্দ মাযথীবা ফংদ্রে।

**ইতি শ্রীমন্মহাভারতে শত সাহস্র্যাং সংহিতাযাং বৈযাসিক্যাং আনু শাসনিকে পর্ব্বণি দানধর্ম্মে ভীষ্ম যুধিজির সংব্রাদে শ্রীবিষ্ণো র্দিব্য সহস্রনাম স্তোত্রং সম্পূর্নম্।**

**হরিঃ ওঁ**

***মতাং অসিদা - ভীষ্ম যুধিষ্টির অনিগী ঙাংনবা শ্রীবিষ্ণুসহস্রনাম স্তোত্র সম্পুর্ন ওইবে।***



